ꯁꯤꯕ-ꯔꯥꯇ꯭ꯔꯤ

# শিব-রাত্রি

## (শিব পুজা)



শ্রীহুইদ্রোম ভরত (ভুবন) সিংহ

ꯁꯤꯕ-ꯔꯥꯇ꯭ꯔꯤ

# শিব-রাত্রি

## (শিব পুজা)

শ্রীহুইদ্রোম ভরত (ভুবন) সিংহ

**SHIVA-RATRI**

*(Author by **Huidrom Bhorot (Bhubon) Singh,***
*Chingamathak Nameirakpam Leikai)*

**শিব-রাত্রি**

অইবা **হুইদ্রোম ভরত (ভুবন) সিংহ্‌**
চিংঙামথক নামৈরাকপম লৈকাই

অ'হানবা ফোঙবা ঃ ফেব্রুবারি, ২০১২ ইং

কোপী মশিং ঃ ৫০০ (চামঙা)

মমল ঃ লুপা ১৩০/- (চাম্ম কুম্থা)

কোভর ঃ অইবা

অফোঙবা ঃ শ্রীমতি হুইদ্রোম ওংবী রেনুবালা দেবী,
*চিংঙামথক নামৈরাকপম লৈকাই।*

নম্ফম ঃ পি. কে. ওফসেড প্রিন্টিং প্রেস, বাবুপাড়া

# শিব-রাত্রি

## (শিব পুজা)

### ওঁ নমো শিবায়:



**অইবগী ৱারোল**

ৱাহৌদোক্কা ইরোইননা ভগবান শিবগী পুজাগী মমাংদা ইহান হান্না পঞ্চ দেবতাগী সংস্কৃত ভাষাগী শ্লোক খরদং ইজরি মগংশিংনা (১) শ্রী গনেশ পুজা (২) বিষ্ণু পুজা (৩) সুর্য্য নারায়ন (৪) শিব ধ্যানম্ অমসুং (৫) দুর্গা ধ্যানম দেবতা মঙাগী পুজা তঙাইফদনা তৌদ্রবা য়াদ্রবনি।

ঙমখৈ লৈত্রবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী মপু পরৎ ব্রহ্ম পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণনা জগৎ শেম্লবা সকার মুর্ত্তি লৌবিখি। ইবুংঙোনা অহানবদা শ্রী বিষ্ণুবু পুথোকখি। শ্রী বিষ্ণু (শ্রীকৃষ্ণগী) খোইদৌ থম্বালদগী ব্রহ্মা পুথোকখি। প্রকৃতি শক্তম ওইবী দুর্গা, লক্ষ্মী, সরস্বতী, সাবিত্রি অমসুং রাধা পুথোকখি (ব্রহ্মবৈ পুরান প্রকৃতি খণ্ড)।

ভগবান শঙ্করগী মরমদা ইদ্রিঙৈগী মমাংদা লক্ষ্মী অমসুং লক্ষ্মী নারায়নগী অমসুং বাগদেবী সরস্বতীগী পুজা শমলপ্পা খরদং হাপচরি।

মথংদা শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা শ্রী অঙ্গদগী ভগবান শঙ্করবু পুথোকখি।

সৌতিনা হায় :- তাবিয়ু ব্রহ্ম সভা পুম্নমক ইবুংঙো শঙ্করগী মুর্ত্তিদি তোপ তোপ্পনি, মমাই মঙা পাল্লি, মিং ৩।৩, জটাগী ভারন্না লৈতেংবা, স্ফটিক মচু ওইবা মাইকৈনা ফিজেৎ ওইবা অথোইবা মুর্ত্তিনি। ফজবদা মপা লৈতবা মাইথোং মকা ফনবা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবা লাইনিং

চেৎপা পুক্লিং হুরবা শুমহৎপা শক্তমনি, থৌজালগী সমুদ্র ওইবা মুর্ত্তিনি।

ভগবান শিবগী থৌজান্দি মপান নাইদে। শিব-রাত্রিগী মঙ্গবা অহিংদা থোকখিবা থৌদোক অমা শাদানবা গুরুদ্রুহগী ৱারী অমত্তুং থমজগে।

মিনুংশি খণ্ডবা শাদানবা গুরুদ্রুহ কৌবা অমনা থেংখিদুনা মঙ্গবা অহিংদা উপাশ্বী অমগী মথক্তা য়াইরেকলম্মী। ঈশিং পুন অথনবা অমসু পুখৎলম্মী উথক্তা। ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা পংলাপ লাপতনা লোক অমদা শজি অমোম অমা ঈশিং থক্লম্মী। শাদানবা অদুনা তেন শন্ধান তৌদুনা কাপনবা লিরি চিংবা মতমদা উ অদু লেঙদুনা ঈশিং পুন অদুদগী ঈশিং খরা হৈথরম্মী লোইননা হৈ খাগোক মনা অমসু তারম্মী। শজি অমোম অদুনা লাওরকখি মদুদি ঐগী লৈফমদা অমুক্তা চৎলুখিগে অদুগা হল্লককে অসি হায়রঙ্গগা চৎখরে। মথংদা শজি অমোম অমসু লাকখি। মথক্তা তৌবগুম্না শাদানবা অদুনা লিরি চিংবদা হান্নগুম্ ঈশিং খরা হৈথরম্মী শিব-লিঙ্গগী মথক্তা লোইননা হৈ খাগোক মনা অমগা। খণ্ডনা তৌবা নত্রবসু ভগবান শিবদি কনাগুম্বা অমনা খজিক্তুং কচচবদা চানবিবনা হেনবা ভগবান্নি। শাদানবা অদু অহিং চবা হেনখিরম্মী। শদানবদো ভগবানগী থৌজাল ফংলে অদুগা থম্মোইদা জীববু নুংশিবা ফাওরকলে।

শিবনা কৌবিরক্খি হে গুরুদ্রুহ নংনা শিব ঐগী লিঙ্গদা ঈশিংগা য়ান্নরবা হৈ খাগোক মনা হৈথবগীদমক ঐহাক হায়নিংঙাই লৈতনা পেল্লে। মরম অদুনা নং শৃঙ্গবেরদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লুরো অদুগা নপুন্সি লোইরবা মতমদা ঐগী কৈলাস ভবন্দা মতম চুপ্পা লৈজবা ফংজৌ। অদুগা শজি অহুম অদুনা মী ওলহনবিরে। মী ওল্লবা মতৈ মনাও অহুম অদুনা হায়জরকখি "হে থৌজালগী সমুদ্র ওইবা ভগবান শিব নংগী ঙাংঙ্গবা চরন থম্বালদা ননাই ঐখোইনা চংজরি মদুদি থৱাইসিনা লৈরিমখৈ নংগী চরনবু কাওদবা পীনবিয়ু।"

ইবুংঙো মাদি তোল্ল তারবা উপাই লৈত্রবা জীববু থোইনা হেন্না

চানবিবনি। মহাভারতকী ৱারীদা লৈখিদ্রবা নিংথৌরেল পাণ্ডুনা শিব পুজা তৌজরম্মী। মাগী মহারানী কুন্তি দেবীনা ইতৎ তত্তনা পুজা কচ্চরম্মী নিংথৌরোল মথক্তা পাল্লম্বা অদুগী মতুং ইন্না। পাণ্ডু মহারাজ লৈত্রবনিনা মাগী ময়াম্বা মমিৎ তাঙ্বা ধৃতরাষ্ট্রনা নিংথৌ ওইরম্মী। মাগী মহারানী গন্ধারীনা শিব পুজা ইতৎ তত্তনা তৌজরম্মী। নোংমদি গন্ধারী অমসুং কুন্তি দেবী অনি পুজা তৌফমদা থেংনরে।

নাপল তৌরবী মহারানী গন্ধারীনা হায়রম্মী, "হে লাইরবী কুন্তি নংনা শিব-সেবা চৎপা য়ারোই", মরমদি নং লুখ্রা ওইরবা মরম্না। শিব-সেবাদি পাল্লিবা নিংথৌনা ফংগদবনি। অসুম তৌনা চিন্দা পৌদানদুনা মচিন মনাও য়ৈনরে। ভগবান্না লেংথোরক্তুনা বিচার তৌরম্মী মদুদি হয়েং নোংঙাল্লকপদা শিব ঐঙোন্দা সনাগী লৈহাও লিশিং অমা কৎপা ঙম্বা মীদুগী ঈষ্টদেব ওইগনি। গন্ধারীদি খুকাপ্লী কাপ্তুনা চৎখি অদুগা হায়রম্মী গন্ধারী ঐদি ইচা চামা পোকপীনি পাতেশ্বরী মহারানীনি অদুগা লাইরবী চাকনিবী কুন্তিনা কদাইদগী সনাগী লৈহাও!

কুন্তি দেবীনা কপ্পা কপ্পা চৎখিদুনা মচা মঙাদা থৌদোক অদুগী মরমদা পাওদমখি। মচা অহুমশুবা আর্জ্জুন্না হায় - হে ইমা নচা মঙা লৈ করিগী ৱারিবা! হয়েং নোংঙাল্লকপদা ঐগী গুরু দ্রোনাচার্য্যনা তম্বীবা বিদ্যানা ঐগী তেন্না কুবেরগী লৈকোন্দা শাৎপা লৈনমনা য়ুথক অমা চৎপা সনাগী লৈহাও লিশিং অমা হেকলুরগা ইমাগী খুত্তা শিন্নজগে করিশু ৱাবিগনু। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপা মতমদা আর্জ্জুন্না স্নান ক্রিয়া লোইদুনা মাগী তেন বায়ুস্ত্র অমসুং মনসিদ্ধি তেন অনিনা কুবেরগী লৈকোন্দগী স্নাগী লৈহাও লিশিং অমা হেক্লুদুনা মমা ইবেম্মা কুন্তিগী মফমদা শিন্নজখি। কুন্তি দেবীনা মচা পোকচবগী হরাওবা ঙমখে লৈখিদে অদুগা বরসু পীখি মদুদি হে আর্জ্জুন নং ইমাগী লমন তোন্দবা ওইয়ু। কুন্তিনা স্নাগী পাত্র অমদা সনাগী লৈহাও লিশিং অমা হাপ্তুনা পুরগা ভগবান শিবগী চরণ থম্বালদা কচ্চখি।

শিবনা হায় : হে লাইরবী কুন্তি নংনা লৈহাও কৎপদা শিব ঐ পেল্লে।

নংগী নচা যুধিষ্ঠিরনা সর্ববভুমাপতি ওইনা পানবা ওইসনু অদুগা নংগী নচা আর্জজুন্না লাইগী লল শঙবা কুবেরবু জয় তৌদুনা য়াম্না লাপখ্রবা মফমদগী লৈহাও হেকলকপা ঙম্বগীদমক ধনঞ্জয় হায়বা মিং অসি শিব ঐনা নচাগী মমিং থোল্লবনি।

নাপন তৌবা গন্ধারীনা সনানা শাবা লৈনম চেন্দবা (য়াওদ্রবা) লৈহাও লিশিং পুরক্কুনা হোবে হোবে লাকপদা মনাও ইবেম্মা কুন্তিনা লৈহাও কৎপা হাল্লমলে। অশাওবা ঙমখৈ লৈতরে গন্ধারী অদুগা হায়রম্মী মদুদি কুন্তিনা পোকপা মচা মঙাদি মচং ঙাক্তা পোকই অদুগা গন্ধারী ঐনা পোকপা ইচা চামদি ফৌৱাম ঙাক্তনি।

ভগবান শিবগী শক্তিদি নুমিৎ চামা শেন্বা ঙম্বনি। মৃত্যুঞ্জয় মিংথোন ফংবনি হায়বদি অশিবগী নিংথৌ লাই যম্বু জয় তৌবা ঙম্বনি। সিদ্ধি নিপান্না লৈতেংবনি ভুত, বর্ত্তমান, ভবিষ্য ত্রিকালবু খঙবা মহেশ্বরনি। লেঙদনা লৈবা ব্রহ্মনি শিবা নাইদবা। প্রলয় খুদিংদা শ্রীকৃষ্ণনা তৌবা প্রলয়দা মহাকসু য়াওবনি। গুন অহুম (ত্রিগুণ) সত্ব : রজ: তম: অহুম্না লৈতেংবনি।

রামগী ঈশ্বরনি হায়দুনা রামেশ্বর মিংথোন ফংবনি। মাগী শিব লিঙ্গগী মগুন ব্রহ্মা বিষ্ণুমক্না খঙবা ঙমদবনি। তোপ তোপ্পা শকফমনি ভগবান শিব। কোক্তা জটা, মিৎ অহুম, কুচু শংলৈনা ঙৌবা, খুত্তা ত্রিশুল পায়বা দমরু থোনবা মালা জাপ তৌদুনা কৃষ্ণ নাম শোনবা হরি ভক্ত অথোইবনি। ইবুংঙো মহাক্তি থৌজানগী মশকনি। মাগী অহানবা তালোই সতীবু অৱাবা পীখিবা দক্ষ প্রজাপতিবু ভগবান শিবগী রুদ্র শক্তি বীরভদ্রনা মঙক কক্কুনা মকোক অদু যজ্ঞী মৈনুংদা লংশিনখিবনি। ব্রহ্মানা অমদি লাইয়াম্না হায়বদগী দক্ষপ্রজাপতীবু হামেং মকোক পান্দুনা হিংহনখি। দক্ষনা মাগী নাপলনা ময়াই কাখিদুনা শিববু মশক খঙখিদবগীদমক ঙাকপিয়ু হায়না হন্না হন্না শিবগী চরন্দা প্রার্থনা তৌজখি।

ভগবান শিবনা মী, লাই, হিংচাবশিংগী য়াইফনবা থবক য়াম্না

তৌরম্মী। সমুদ্র মন্থন্দা হুনা জীব পুম্নমক চাক্লবদা ভগবান মহাদেবনা হু পুম্নমক খনাওদা থম্লম্মী হায়দুনা ইবুংঙো মাবু নীলকন্ঠ হায়না থোনখিরম্মী। দৈত্য ত্রিপুরবু হাৎলি হায়দুনা ত্রিপুরারি মিংথোন ফংখি। ত্রিপুর দৈত্য হাৎপদা শিজিন্নখিবা ধনু - শমু মচুম তাবা লিশিং অমগী মপাঙ্গাল কনবা শিব ধনু অদু ভগবান পরশুরামদা শিন্নখি। অদুগী লীরুং অদু পরশুরাম্না কংসদা পীখি অদুগা হায়খি হে কংস নংনা মরোল অহুম্বু জয় তৌজৌ নংগী লাম্বা লৈতবা ওইয়ু। তৌইগুম্বসুং নংগী লীরুং থুদেকপা ঙম্বা পুরুষোত্তম অদুগী মখুত্তা নথব্রাই থাবা ওইয়ু অদু নত্তবা অতৈবুদি নংনা ঙম্বা ওইয়ু।

লাইরিক অসি ইবদা তান্নজবদি শ্রী ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরান, ব্রহ্মখণ্ড অমসুং শ্রীমদ্ভাগবত চতুর্থ স্কন্ধে দ্বিতীয়োহধ্যায়দগী সপ্তমোহধ্যায় ফাওবা অমসুং শিবপুরান অমসুং অতোপ অতোপ্পা লাইরিক্তগী খরা খরা মচি ওইবা লৌখৎচদুনা হয়িং খোইনা লৈরাং খুদিংদগী লৈহী পৈশিনবগুম খোইরা হুন্দোক্লুনা ভক্ত-বৈষ্ণবশিংনা আশ্বাদন তৌবিয়ু হায়না পাবিরিবা তাবিরিবশিংগী মফমদা নোল্লুকচরি।

ঐগী লাইরিক অসিদা শ্রী সলাম ধনচন্দ্র সিংহনা কমপুটর নম্বদা চাওরবা মতেং অমা পাংবিখি। শ্রী ফুরাইলাৎপম ব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা, স্মৃতি, ব্যাকরণ, কর্ম্মকাণ্ড, ধর্ম্ম শাস্ত্রীগী লাইরিক্তগী খরা খরা লৌথোক্লুনা হাপচবনি।

পাঙজদ্রবা

শ্রীহুইদ্রোম ভরত (ভুবন) সিংহ
চিংঙামথক

# মহাদেব পুজা

## য়াওফম তাকপা



## শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানম্

# শিব রাত্রি
# শিব পুজা

# ৱাহৌদোক

## শিব রাত্রী
## ভগবান শঙ্করগী পুজা
## শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানম্
## ব্রহ্ম খণ্ডম্
## ওঁ নমো শিবায় :

ওঁ নারায়নং নমস্কত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্,

দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েৎ।

শ্রীনারায়ন, নর, নরোত্তম্ দেবী, সরস্বতী অমসুং ব্যাস দেববু খুরমজদুনা মঙ্গোলগী মশক ওইরবা গ্রন্থবু শকচ-শোঞ্জগে।

জগৎ গুরু, হরিভক্ত ওইবা, লাই পুম্নমক্কী লুচিংবা ওইবা হরদেব শ্রীভগবান শঙ্করবু পুজা তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা পঞ্চদেবতা হান্না খুরমগনি। পুজাগী পোৎলমশিং মখল অহুমনা পুজা তৌবা য়াই। অহানবদা পঞ্চোপচার পুজা অনিশুবদা দশোপচার পুজা অমসু ষোড়শোপচার পুজা অসিনি।

ভগবান শঙ্করগী পুজাদি ষোড়শোপচার পুজানা মপুং ওই। গন্ধ, পুস্প ধুপ দ্বীপ, আসন, পাদ্য, অর্ঘ নৈবেদ্য, তাম্বুল, আচমন আরতী, পুষ্পাঞ্জলি অমসুং পার্থনানচিংবা অমসুং মধুপর্কগী পোৎচৈশিং মথংশিংনা - (শঙ্গোম অফম্বা, ঘী, ঈশিং, খোইহী অমসুং চিনি অকেংবা, মঙা অসিনা মান্ননা সনাগী, লুপাগী নত্রগা শেঞ্জেংগী তেঙ্গোৎ পাত্র অমদা হাপ্লগা খুম্বা অদুবু মধুপর্ক কৌই।) ইবুংঙো মাগী পুজাদা শৈবেদ্য অমদি ফলমন (ফোলা) কংকদবনি।

## হরি হায়বগী অর্থ

১। সংসারগী পাপ পুম্নমক মাঙহনবা ঙম্মী হায়বদগী শ্রীবিষ্ণুবু "হরি" কৌই।

২। জীবগী মায়া অজ্ঞান (অমম্ববু / মায়াবু) মাঙহনবা ঙম্মী হায়বদগীসু শ্রীবিষ্ণুবু "হরি" কৌই।

৩। জ্ঞান স্বরূপ ওইবা মহেশ্বরবুসু হরি কৌই।

৪। দুর্গতি নাশিনী দুর্গা : অৱা অনা খুদোংথিবা পুম্নমক মাঙহল্লি হায়বদগী দুর্গা কোই।

৫। অমম্বগী মশক ওইবা তমোগুনবু মাঙহল্লি হায়বদগীসু শ্রীসুর্য্য নারায়নবু "হরি" কৌই।

৬। য়ৈখাই থিনগাইবা পুম্নমকপু মাঙ্হনবা সিদ্ধিদাতা গনেশপুসু "হরি" কৌই।

মরম অসিনা "হরে" হায়বা নাম অসিনা সনাতন ধর্ম্মগী পঞ্চ দেবতা - শ্রী গনেশ, সুর্য্য, বিষ্ণু, শিব, অমসুং দুর্গা মঙামকপু খঙ্নগনি। পঞ্চ দেবতা মঙাবু খুরমজরি।

## শ্রীগনেশ ধ্যানম্

ওঁ গজাননং ভুতগণধিসেবিতং
কপিত্থ জম্বু ফলসার ভক্ষিতম
উমাসূতং শোকবিনাশকারণং
নমামি বিঘ্নেশ্বর পাদপঙ্কজম্।।

মূরমন্ত্র : ওঁ গনেশায় নম:। বীজমন্ত্র "গং"।

গায়ত্রী:　　ওঁ একদন্তায় বিদ্মহে বক্রদন্তায় ধীমহি
তন্নো দন্তী প্রচোদয়াৎ ॥ ৩ ॥

## প্রনাম্

একদন্তং মহাকায়ং লম্বোদরং গজাননং
বিঘ্ননাশকরং দেবং হেরম্বং প্রনমাম্যহম ॥৪ ॥

অর্থ - ধ্যান = শামুগী মাইথোং পানবা, থৱাই পানবা পুম্নমক্না নিংনরিবা, হৈখাগোক অমসুং জামগী মচী ওইবা শরুক হারিবা, উমাগী মচা নুপা, অৱাবা পুম্নমক্কী হৌরকফম মাঙ্হনবিবা। য়ৈখাই থিনগাইবা মাঙ্হনবিবা শ্রীগনেশপু ঐনা খুরমজরি ॥ ৪ ॥

## বিষ্ণু ধ্যানম

শান্তাকারং ভুজগশয়নং পদ্মনাভং সুরেশং
বিশ্বাধারং গগনসদৃশং মেঘবর্নং শুভাঙ্গং
লক্ষ্মীকান্তং কমলনয়নং যোগিভিধ্যান গম্যং
বন্দে বিষ্ণুং ভবভয়হরং সর্বলোকৈকনাথম্ ॥ ১ ॥

তুলসী কৎনবা মন্ত্র : ওঁ নমস্তে বহুরূপায় বিষ্ণবে পরমাত্মানে স্বাহা (২)

মূলমন্ত্র :　　ওঁ নমো নারায়নায় । ২ । বীজমন্ত্র "ওঁ"

গায়ত্রী :　　নারায়নায় বিদ্মহে বুসুদেবায় ধীমহি।
তন্নো বিষ্ণু প্রচোদয়াৎ ॥

## প্রনাম

ওঁ নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গোব্রাহ্মণ হিতায়চ।
জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নম: ।। ৪ ।।

অর্থ : শান্তিগী মশক ওইবা, অনন্তগী শয্যাদা চেপ্লা খোইদৌদগী ব্রহ্মা পুথোকপিরকপা, দেবতা পুন্নমক্কী মপু ওইবা, তাইবং পানবা পুন্নমক্কীসু থৌবু ওইবা, অকাশকুম্না শিঙ্গুংবা, অনৌবা নোংগী কুচু মানবা, পুক্লিং হুনবগী মশক ওইবা, লক্ষ্মীগী মপুরোইবা, মিৎস্না থম্বাল মানবা যোগীশিংনা ধ্যান তৌরগা দর্শন ফংবা ঙমজবা, পোকপা শিববু মাঙ্হনবা ঙম্বা, মরোল পুন্নমক্কী অমত্তা ওইবা মপু বিষ্ণুবু ঐনা খুরমজরি।

## সুর্য্যার্ঘ

ওঁ নমো বিবস্বতে ব্রহ্মন, ভাস্বতে বিষ্ণু তেজসে,
জগৎ সাবিত্রে শুচয়ে সাবিত্রে কর্ম্মদায়িনে।
ইদমর্ঘ্যং ওঁ নম: শ্রীসুর্য্যায়।

অর্থ : হে : পরমব্রহ্মাগী মশক ওইবা সার্বিতুদেব নহাক অসে নতিক নঙান চাওরবা মাইকৈ শিঙ্গুংনা মঙালগী তুংনফমনি জগৎকী থৌবু ওইবা, অসেংবা, থবক পাংথোকপা অহানবা নহাকপু খুরমজরি। সুর্য্য দেবদা ঈশিং খুজোক অহুম্লক কৎকনি।

## সুর্য্য নারায়ণ

পুজামন্ত্র : ওঁ সুর্য্যায় নম: ।। ১ ।। বীজ = ওঁ হ্রীঁ ।। ২ ।।

গায়ত্রী : ওঁ অদিত্যায় বিদ্মহে সহস্রকিরনায় ধীমহি।
তন্নো সুর্য্য প্রচোদয়াৎ ।। ৩ ।।

## প্রানাম

ওঁ জবাকুসুম সঙ্কাশং কাশ্যপেয়ং মহাদ্যুতিম্
ধ্বান্তারিং সর্ব্ব পাপঘ্নং প্রনোদুতোঽস্মি দিবাকরম্।

অর্থ : জবাকুসুমগুম্না ঙাংলবা কাশ্যপ মুনিগী মচা নুপা, নতিক নঙাল চাউবা অমম্ববু ঙালহনবা হে দিবাকর (কোরৌহনবা) নহাকপু খুরমজরি।

## শিবধ্যানম্

কর্পূরগৌরং করুণাবতারং
সংসার সারং ভুজগেন্দ্রহারং
সদাবসন্তং হৃদয়ারবিন্দে
ভবং ভবানি সহিতং নমামি ॥ ১ ॥

মুলমন্ত্র : ওঁ নমো শিবায় ॥ ১ ॥ বীজ = হৌঁ ॥ ২ ॥

গায়ত্রী : ওঁ তৎ পুরুষায় বিদ্মহে মহাদেবায় ধীমহি।
তন্নো রুদ্র প্রচোদয়াৎ ॥ ৩ ॥

মহামৃত্যঞ্জয়ে : ওঁ ত্রয়ম্বকং যজামহে সুগন্ধিং পুষ্টিবর্দ্ধণম্
উর্ববারুক্রমিব বদ্ধনাৎমৃত্যো মুক্ষিয় মামৃতাৎ ॥ ৪ ॥

## প্রনাম

ওঁ নম: শিবায় শান্তায় কারণ ত্রয়হেতবে।
নিবেদয়ামি চাত্মানং ত্বংগতি পরমেশ্বর ॥ ৫ ॥

অর্থ : কর্পুরগুম্না ঙৌরবা, থৌজাল হৈবগী মশক ওইরবা,

সংসার পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা অনন্ত অমসুং বাসুকীনা লীককুম্না খাওনবা। মতম চুপ্পদা নহাদা ওইদুনা লৈবা হৃদিপদ্মদা ঙাম্হোইবীরিবা হে মহাদেব ভবানীগা লোইননা খুরমজরি ॥ ১ ॥

## প্রনাম

মঙ্গলগী মশক ওইরবা পরমেশ্বর শিববু খুরমজরি। ইবুংঙো নহাক্তি জীব জগৎ অমসুং মুল প্রকৃতিগী হৌরকফমনি। ইবুংঙো নংঙোন্দা আত্মা সমর্পন তৌজরি।

## দুর্গা ধ্যানম্

ওঁ ধ্যায়েদ দেবীং ভবানীং
গিরিশ সুখকরীং শৈলজাং
চন্দনাক্তাং নানা পুস্পোজ্জলাঙ্গীং
কনকচয়তনুং ভুষিতাং ভুষনৈশ্চ
ধ্যান্যহল্লাদ ধনাং রনগগনযুক্তাং
শুম্ভনিশুম্ভ হস্তীং
কল্লাশেষাং মৃড়ানীং হিমবতী
লিলয়া সিংহব্যাঘ্র আসনঞ্চ ॥ ১ ॥

মূলমন্ত্র : ওঁ দুর্গায়ৈ নম: বীজমন্ত্র = হ্রীং

গায়ত্রী : ওঁ কাত্যায়নৈ বিদ্মহে কণ্যাকুমায়ৈ ধীমহি।
তন্নো দুর্গা প্রচোদয়াৎ॥

## প্রনাম

ওঁ সর্ববমঙ্গল মঙ্গল্যে শিবে সর্ববার্থসাধিকে
শরণ্যে ত্র্যম্বকে গৌরি নারায়নি নমোঽস্তুতে॥
কাত্যায়নী মহামায়ে ভবানিশ্বরী,

সংসার সাগরে মগ্নং মামুদ্ধর কৃপাময়ে,
ব্রহ্মা বিষ্ণু শিবারাধ্যে প্রসীদ জগদম্বিকে
মনো অভিলষিতং দেবী বরং দেহি নমস্তুতে।

## শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানম

ব্যাস দেবনা লেঙ্খ্রবা শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানগী মনুংদা ময়েক লানা ইবিখ্রবা অমৃতগী মশক ওইবা অহানবা শ্রীকৃষ্ণগী কথামৃতবু ব্রাহ্মণ অথোইবা সৌতিনা ব্রহ্ম সভাদা লিবিখি।

সৌতিনা হায়রকই

চাংদমনিংঙাই লৈতবা মতিক মঙাল চাওরবা গুরু ব্যাস দেবগী চরন্দা খুরমজরি। ওঁ পরং ব্রহ্মবু খুরমজৈ। ব্রহ্ম সভাবুসু হন্না হন্না খুরমজৈ। ব্রহ্ম খণ্ডগী মতাং খরা লিজগে তাবিয়ু। মহা অমৃতগী মশকনি তারিমখৈ পেন্দবা। ৱারী লিরিবা মফমদি ভারতবর্ষ খণ্ডগী নৈমিষারণ্য কৌবা বন্দনি। মুনি ঋষি সৌনকনচিংবা মুনি সভা অমা মফম অদুদা তিনখি। জগৎ ব্রহ্মণ্ড শেমলকপগী মতাংদনি।

ঙমখৈ লৈত্রবা জগৎ ব্রহ্মণ্ডসে,
পুমহাং হাঙলম্মী অকি তুজুংনা থল্লম্মী।
অমুক মম্ অমুক ঙান লোই-খম্বা নাইদ
শন্দোকখ্রি মঙাল মপৈ মপৈনা।

পরং ব্রহ্মদগী হৌরকপা মঙালনা
ব্রহ্মণ্ড পুম্বসে পুমঙাল ঙানখিরম্মী।
মশক্তি উদে ব্রহ্ম লৈ হায়বদি খঙই,
মখোল অমদি তাই মদু ওঁ কার শব্দনি।

অঙকপনা থনবা মাগী জগৎনি,
বেদনা বিজ্ঞন্না খঙবদা ব্লারবা।
অকুপ্পা অপৌবা অমাফাও লৈতবা
মালং ঈপাক্লা ব্রহ্ম মাগী লৈফমনি।

সৌতিনা হায় নিরাকার ব্রহ্মনা মশক মওং নাইরগে খন্দুনা লৌবিরে জগৎ শুমহৎপা মুর্ত্তি শ্রীকৃষ্ণরূপ।

**অনাদিরাদি শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম**

পুক্লিং হুরবা নুংশিবা মুর্ত্তিনি,
অতিয়া কুচুনি নৌরবা মাইথোংনি।
থাজ কোটি ঙমজবা ব্রহ্ম তেজ মঙালনি,
কোক্তা মনি রত্ন মুকুট লৈতেংবনি।

শ্রীঅঙ্গ পুম্নমক্তা কস্তুরী কুম কুম
চেংল খ্বাংদা স্না ফিগে থোনবনি।
খুত্তা বাঁশী পায়বা শ্রীকৃষ্ণরূপনি,
থম্বাল লকানা তাংজবা মিৎস্নানি।

থৌজালগী মিৎয়েংনি জীববু নুংশিবা,
মথস্তা ওইবা জগৎকী মপুনি।
বেদনা মহাকপু পুরুষোত্তম কৌই,
ওঁ কারনি হে কৃষ্ণ পরং ব্রহ্মসুনি।।

জগৎ সৃষ্টি তৌবিগে নিংদুনা মাগী ইচছাদগী য়েৎথংবা শ্রীঅঙ্গদগী প্রধান পুরূষ অমা শ্রীকৃষ্ণ শক্তি চপ মান্নবা জগৎ শুমহৎপা শক্তম খুত্তা শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম থোনবা সংসারগী কারন মশক ওইবা সত, রজ, তম গুন অহুম্না তিনবা মুক্তি অমা পুথোকখি। ঈশ্বর মহাক্তি ঐশ্বর্য্য তরুক্লা তিনবনি, মাবু পরমাত্মা হায়না খঙনৈ। মদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা

পুথোকখি মহান, অহংকার পঞ্চতান মাত্র, রূপ্ রস গন্ধ সপর্শ শব্দ পুনবনা তিনবা। নারায়ন কৌবা ইবুংঙো মহাক্তি কাম কোটি ঙমজনা ফজবা অতিয়া কুচু ওইবা ইংলবা শক্তমনি। শুমহৎপা শক্তম চহি তরাতরুক্কী রয়ষনি। মনি রত্নগী ভুষন্না লৈতেংই, মোমোন নোকপা মাইথোং কৌস্তুভ মনিনা লৈতেংবা থবাক তুরৈ হঙ্গৎপা, শরৎ থাবল মঙালগুম কয়াদা পুক্লিং হুরিবা শ্রীকৃষ্ণগী অনিশুবা পুরষনি।

শ্রীনারায়ন (শ্রীবিষ্ণু) গী খোইদৌদগী থম্বাল অমা শাৎখি মদুদা পদ্ম যোনি ব্রহ্মা পুথোকখি লোইননা অনন্ত কৌবা মপান নাইদনা চাওরবা শাংলবা লীন অমা পুথোকখি। মদুবু অনন্ত শৈয্যা হায়না খংনৈ। শ্রীনারায়ন্না ফজবদা মপা লৈত্রবী লক্ষ্মী দেবী প্রকৃতিবু পুথোকখি।

## বিষ্ণু ধ্যানম

শান্তাকারং ভুজগশয়নং পদ্মনাভং সুরেশং
বিশ্বাধারং গগনসদশং মেঘর্বণং শুভাঙ্গং
লক্ষ্মীকান্তং কমলনয়নং যোগিভির্ধ্যানগম্যং
বন্দে বিষ্ণুং ভবভয়হরং সর্বলোকৈকনাথম্।।

## লক্ষ্মী পুজা (অবাহন )

শ্রীনারায়নায় নম:, শ্রীলক্ষ্মী ইহা গচছা গচছা ইহতিষ্ঠি
ইহা তিষ্টি ইহা তিষ্টি ইহ সন্নিহিতা ভব যাবৎ
পুজাং করিষ্যামি তাবদত্র স্থিরা ভব।
(খুৎ লোন্নদুনা অবাহন তৌজগনি )

## গায়ত্রি

মহালক্ষ্মী দেব্যৈ বিদ্মমহে বিষ্ণু প্রিয়ায়ৈ ধীমহি
তন্নো প্রচোদয়াৎ। এতনিতে গন্ধ পুস্প ধুপ দীপ
ফল তাম্বুলদি ওঁ শ্রীমহালক্ষ্মী দেব্যৈ নম:
(মতৌ অসুম্না পুজা কচ্চরগনি)

## প্রনাম মন্ত্র

বিশ্বরূপস্য ভার্য্যাসি পদ্মে পদ্মলয়ে শুভে
সবর্বত: পাহিমাং দেবী মহালক্ষ্মী নমোঽস্তুতে।।
শালগ্রামে ঘটে বাথ চিত্র্যাং বটমুলেঽথবা,
ভিত্ত্যাংবা পুত্তলিকাং কৃত্ত্বা পুজয়েৎ বিচক্ষণ:

মণিপুরি : বিশ্বরূপ ভগবানগী মবেম্মা ওইবা ইমানি, পদ্ম হায়না মিঙ্গৌবীনি, থম্বাল থক্তা লেঙশিশিল্লিবীনি, শুভে কৌবী মিংথোনবী হে দেবী ! চংজফম ওইবী ইমা ননাইবু মফম খিবিক্তগী কনবিয়ু। হে মহালক্ষ্মী খুরমজরি। ওঁ কারনা মঙ্গলনি। মহামন্ত্রনা বীজনি পোকফমনি। গায়ত্রিনা লক্ষ্মী দেবীগী মুর্ত্তিনি, শ্রী নারায়নগী প্রিয়ানি। অসুম্না ওইবী হে দেবী ইমা লক্ষ্মীনা ঐখোই পুম্বগী থৌজাল পীনবিয়ু। (মতৌ অসুম্না তৌনা গায়ত্রিনা পুজা কৎকনি।)

শালগ্রাম চক্র, ঘট, মুর্ত্তি অমসুং অয়েকপা লাইদা ওইরবসু নত্রগা লাইফদীবী ওইনা শারগসু ইমা লক্ষ্মী পুজা কৎপা য়াই।

(লক্ষ্মী পুজায়াং ঘন্টাবাদন, নিষিদ্ধ, তুলসী ঝির্ন্টি, কুন্দ আকন্দ, কাঞ্চন পুষ্প দিবেনা। লক্ষ্মী পুজাদা শরিক খিংফদে। তুলসী স্নারৈ, চিগোংলৈ পারিজাৎ, অঙ্গোৎ, নাগেশ্বর, কুন্দো অমসুং লৈহাও কৎপা য়াদে)

## প্রার্থনা

এষ মা কমলা লক্ষ্মী ত্রিলোক জননী,
কৃপা ময়ী কৃপা কর মাতা নারায়নী।
বিষ্ণু প্রিয়া তুমি মাগো সৌভাগ্য দায়িনী,
ক্ষীরাদ্ধি তনয় ও মা দয়া নির্ঝরিনী।

দু:খ দবানল দগ্ধ করে দীন জনে।
জুরাও মা স্নেহ সুধা বারিষনে।
অগতির গতি তুমি অগতি এ জন।
করপুতে করে মাগো তোমা আবাহন।
তব পদে মতি যার ধন্য সেই জন।
পুরাও অভীষ্ট তার আমি অভাজন।।

মণিপুরি : হে ইমা কমল লক্ষ্মী মরোল অহুমগী মমা, চানবী হৈবী নারায়নী মিংথোনবী চানবিয়ু ইমা। ইমাদি বিষ্ণুদেবগী চান্নবীনি, লাইবক ফবী পীনহৈবী ইমানি। ক্ষীর সমুদ্রগী মচা ইবেম্মনি, থৌজালগী মশক অইংবীনি। অব্বা মৈচাক লানমৈনা চাক্লবা তোল্লবা মীওই কয়াগী ইমানি। খুরমজরি ইমা চানবী হৈবী, অমৃত ধারা খিকথহৈবী, তোল্ল-তার মীওই কয়ানা চংজরিবী ইমা ইখুৎ লোন্নজরগা কৌজরিয়ে নহাকপু। চংজরিবা মীওইদি চরন লাইবক ফবনি। হে ইমা চংফম খংদ্র তোল্লবা ননাইনা চংজবিয়ে হে ইমা পীনরো অপাম্বা খিবিক পীনহৈবীও।

হে ইমা! করি খঙজদ্রিবনা খুদোল প্রার্থনা নখুয়াদা ননাইনা কচ্চরি লৌবিয়ুকো হে ইমা লক্ষ্মী।

**লক্ষ্মীগী প্রার্থনা**

শৈরেং :খুরমজৈ ইমা হে লক্ষ্মী দেবী
তোল্ল নচানা খুয়া থম্বালদা।
হে নারায়নী মিংথোনবী ইমা,
খিকথবিরো থৌজালগী অমৃত।

অইংবী তপচবী থৌজালহৈবী,
নিজরি ইংনা তপ্পা পাঞ্জবা।
কোকপিরো ননাইগী অব্বা মৈচাক
হে ইমা তোল্লগী পাম্বে ওইবী।

মনি মুক্তাগী তুংনফম পুক্কে
সমুদ্রগী মমোম ওইবী লক্ষ্মী।
নংতনা ঙম্মী লাইর কোকপা,
চানবিয়ুনে চংজরবা ননাইবু।

লৈজদে করিসু কচ্চনবা,
প্রেম চন্দন থম্মোই লৈরাং নত্তনা।
খোইদাবিয়ু অথুম অহাও শন্দেশ,
ধুপ থাওমৈ বর্ত্তি কচ্চবা লৌবিয়ু।

## শ্রীশ্রী লক্ষ্মী নারায়নগী প্রার্থনা

(১) শ্রীশ্রীলক্ষ্মী নারায়ন জগৎকী মপু
খুরমজৈ ননাইনা শ্রীচরন থম্বালদা।
শেম্বীবা য়োকপীবা নংতগী থৌরাংনি,
করম্মা হিংগনি নংগী থৌজাল নত্ত।
(২)খোইদৌ থম্বালদগী পুথোকপা ব্রহ্মাবু
কয়াদা চানবী লৈশেম্বা ওইহনখিবা।

শেষ অনন্তবু পৃথ্বি পুহনখিবা,
লক্ষ্মী পাদ সেবা তৌবা শ্রীচরন্দো
তোল্ল ননাইনা চংজরি হে হরি।

(৩)কচ্চরি পুজা শ্রীচরন থম্বালদা
বেদনা শ্রুতিনা খঙঙমদ্রবা নংবু।

লৈজবা ননাইগী খরদং কচ্চবা,
লৌবিয়ু থম্মোইগী প্রেম ভক্তি অসিতা।।

## সরস্বতী পুজা

ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানগী ব্রহ্ম খণ্ড অমসুং প্রকৃতি খণ্ডগী মনুংদা য়াওরবা জগৎ মাতা সরস্বতীগী মরম বেদ ব্যাসনা ইখ্রবা খরদং ইজরি লাইরিক মচা অসিদা।

পরমাত্মা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখদগী দেবী অমা চোংথোরকখি মাগী মমিংদি সরস্বতী কৌই। ইবেম্মা মাদি বিদ্যগী লাইরেম্বীনি মাবু পুজা তৌজবনা সুর - ঋষি কয়ানা মমল নাইদ্রবা লাইরিক কয়া ইবা ঙমখ্রিবনি। বাল্মীকিনা রামায়ন ইখি অদুগা বেদ ব্যাসনা পুরান ১২ অমসুং বেদ মরি মচা খাইনা খাইনা ইথোকপীরম্মী মী‌ওইবগী কল্যানগীদমক।

## সরস্বতী ধ্যান

শ্বেত পদ্মসনা দেবী শ্বেত পুষ্প শোভিত।
শ্বেতাম্বরা নিত্য শ্বেতগন্ধানু লেপনা।। ১
শ্বেত বীনাধরা শ্বেতালঙ্কার ভুষিত্য,
শ্বেতাক্ষ সুত্রহস্তা চ শ্বেতচন্দন চর্চিচতা,

বন্দিতা মুনিভি সর্বৈ- ষিভি: স্তূয়তে সদা।

প্রনামমন্ত্র : ওঁ সরস্বত্যে নম: বীজমন্ত্র "ঐ"

গায়ত্রী : ওঁ বাগদেব্যৈ বিদ্মমহে কামরাজায় ধীমহি
তন্নো দেবী প্রচোদয়াৎ।

## প্রনাম

ওঁ সরস্বতী মহাভাগ্যে বিদ্যেকমল লোচনে,
বিশ্বরূপী বিশালাক্ষীং বিদ্যাং দেহি নমোঽস্তুতে।

শৈরেং : হে ইমা অঙৌবা ফিজোল্ল থোনবী,
কুচু ঙৌবী মিৎস্না থম্বাল ঙমজবী,
ফজবী শকহেনবী রাশি লৈবী,
অঙৌবা থম্বাল আসন্দা ফমলিবী।

হে বীনাপানী পাম্বোম মরি পানবী
খুৎ নামদা বেদ, নামদা কমল।
জ্ঞানগী তুংনফম লৌশিং পীনবি
থৌজানবিরি জগৎ জীবশিংদা।

মুর শন্নাংদা স্নাগী লুহুপ,
চন্দনগী লৈতেং থাজ মাইথোংদা।
রুদ্রাক্ষ মালা জপ, কৃষ্ণ শোনবী,
মুনি ঋষি লাই মী হিংচাবনা,
পুজা কচ্চরিবী হে বাগ দেবী
খুরমজৈ তোল্লবনা হন্না হন্না॥

সরস্বতী ইমাদি প্রকৃতি শক্তম ওইবীনি। লক্ষ্মী, দুর্গা শাবিত্রি অমসুং রাধা সরস্বতী য়াওনা প্রকৃতি শক্তমনি। সংসার লীলাগীদমক। ইবেম্মা মানা জীবশিংদা পীবা খুদোলদি অঙকপগী মশকনি। জ্ঞান, বিজ্ঞান্ বেদ, বেদান্ত, শ্রুতি শাস্ত্র পুম্নমক খঙবিনি। খুরমজরি হে ইমা সরস্বতী সিবগী নাম শোনবদা লমজিংবিয়ু।

## ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরান্দা শঙ্করবু পুথোকপা

সৌতিনা হায়রকই:

তাবিয়ু ব্রহ্ম সভা পুম্নমক, মসিগী মতুংদা পরমাত্মা কৃষ্ণগী ওইথংবা শ্রীঅঙ্গদগী অথোইবা মুর্ত্তি অমা পুথোকখি। অশেংবা স্ফতিক মচু মানবা মমাই মঙা পানবা, অচৌবা জটাগী ভারন্না লৈতেংবা, মাইথোং মকা ফনবা নোকফেৎ তৌবা মিৎ ৩/৩ পানবা লাইনিং চেৎপা শকফমনি, পুকনিং হুবা শুমহৎপা শক্তমনি, তৌইগুম্বসুং মাইকৈনা ফিশেৎ ওইবনি। ত্রিশুল শীংজং পায়বা খুৎ অমদা হরি নাম জপ তৌবা, মালা পায়বা অথোইবা মাহা জ্ঞনি ওইবা, চন্দ্রবৃন্দ থা মপৈগী মঙালগুম ইংলবা মাইথোংনি। বৈষ্ণব পুম্নমক্তগীসু অথোইবনি। ব্রহ্ম তেজনা পুমঙান ঙানবনি। শ্রীকৃষ্ণগী মমাংদা খুৎ লোন্নদুনা শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌই। মশা পুম্নমক মতু চুংই। মহাক্কী মমিত্তগী অতৎপা লৈতনা পি শিন্থে অদুগা কৃষ্ণ প্রেমদা হিক্রা হিক্রা কপ্তুনা ৱা ঙাংই।

### শ্রীমহাদেব উবাচ

জয়স্বরূপং জয়দং জয়েশং জয়কারণম্<br>
প্রবরং জয়দানঞ্চ বন্দে তমপরা জিতম।১।<br>
বিশ্বং বিশ্বেশ্বরে শঞ্চ বিশ্বেশংবিশ্ব কারণম্<br>
বিশ্বধারঞ্চ বিশ্বস্থং কারণ্য নাঞ্চ কারণম্।।২<br>
বিশ্বরক্ষা কারনঞ্চ বিশ্বঘ্নং বিশ্বজং পরম্।<br>
ফলবীজং ফলা ধারম ফলঞ্চ তৎফল প্রদম্ ।। ৩<br>
তেজ: স্বরূপং তেজোদং সবর্বতেজস্বিনাং বরম।<br>
ইত্যেবমুক্ত্বা তংনত্বা রত্ন সিংহাসনে বরে।। ৪<br>
নারায়ণঞ্চ সম্ভাষ্য স উবাস তদাসনে।। ৫

মহাদেবনা তৌবা স্তোত্রসীবু অদুগুম্বা মী অদুনা মপুক্লিং লাকশিন দুনা থীজরবদি সিদ্ধি পুম্নমক্লা লৈতেংই অমদি মী মহাক্তুগী খোংথাং খুদিংদা জয় ওই। অতৎপা লৈতনা চাওখৎলি মরুপ অফবা ফংই, লল-থুম অমসুং ঐশ্বর্য্য পুম্নমক লেপ্নমক চাওখৎলি। য়েক্লবগী তেঙ্গোল পুম্নমক মাঙহনবা ওম্মী, অব্রা অনা পুম্বা মাঙখি।

### শঙ্করগী উবাচ

শিব কৌবা ঐহাক অসে হে কৃষ্ণ নংনা পুথোকপিবনা হে কৃষ্ণ নংসে ঐগী ঈশ্বরনি ইপানি। শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি মদুদি কৃষ্ণ ঐনা দুর্গা কৌবী সতী স্বাধবী ওইবী অসি নংগীদমক শেম্বনি মহাক্তি শক্তি পুম্নমক্লা তিল্লবীনি অদুগা লেমজবদা নৌজবদা মপুরোই নিংবী ওইগনি, ফিদম্নফম ওইগনি অব্রাৎপা অমত্তা লৈতবা শক্তি পুম্নমক্লা তিনবীনি, বৈষ্ণবীনি। দুর্গা অসি নংগা পান্নৌ, জগৎ শেম্বা মাঙহনবদা নখোই অনিগী থৌদাং লৌ হে শঙ্কর। শিবনা হঙ্গৎচৈ খুৎ লোন্ননা! হে কৃষ্ণ ননাইবু নুংশিরবা অমৃত হেনবা নাম "কৃষ্ণ" কৌবদো শোনবদা অপনবা লৈগনি, সংসারগী বন্ধনন্না পুনখিদুনা। শিব ঐগী আত্মাসে হে পরমাত্মা নংগীনি, নংনা শেম্বীবা হকচাংনি, নংগী অংশনা ওইবনি। ঐগী পুন্সি নংনা পীনবনি, নংনা ইপানি, ইমানি, ঐগী কনাসু লৈজদে নংনা তপস্যাগী লমজিংবিবা ওইগনি। চহি কল্প কয়া নংগী নাম শোন্দুনা পুন্সি অসি লেঞ্জবা ঙম্বা পীনবিয়ু।

ব্রাফম অমা থমজগে খুয়া খাদা। খুৎ লোন্ননা খুকউ লৈতানা য়েংজরি জগৎনা ফংঙমদ্রবা শ্রীচরন থম্বালবু। হে কৃষ্ণ নংগী মহিমা গুনবু কনানা শৈথাবা ঙমগনি, বেদগী ব্রাংমদা লৈবনি। হৌরকফম লৈতবা, পোকপা লৈতবা হে পরমাত্মা হে পরং ব্রহ্মা! নংতনা শেম্বা জগৎ সংসারনি। ইহাং হাঙ্বা ব্রহ্মাণ্ড মালং লোই খম্বা নাইদবা অসিদগী ওঁ কারগী মশক পরং ব্রহ্ম নংনা ফজরবা কাম কোটি হেন্না নিংথিরবা

ফুইনা নোংহৌ ঙমজরবা জগৎ শুমহৎপা শক্তম অসি লৌবিখি। হে ইবুংঙো নংনা মহাবিষ্ণু (বিরাট পুরূষ) অবতার তৌবিদুনা মপান নাইদনা চাওরবা শাংলবা হকচাং লৌবিখি অদুগা লোই খম্বা লৈতনা ব্রহ্মাণ্ডদা হিপলি চেপলি নংনা। কোক লিশিং পাল্লি স্বর্গ ব্রহ্মলোক ৱাংনা হেন্না থিনগৎখ্রি। খুৎ লিশিং অনি পাল্লি ব্রহ্মাণ্ড পুম্বা শিন থুংনা শন্দোকখ্রি। খোঙ লিশিং অনি পাল্লি মদুনা য়ৌখরে, (১) রসাতল (২) পাতাল (৩) তল (৪) বিতল (৫) জানু (৬) সুতল, সন্ধিরন্ধ্র (৭) অতল, গুহ্য মধেৎ (৮) তলাতল, পুরুষ চিহ্নের মুলে। অসুম্না ইবুংঙোগী শ্রীচরন্না শন্দোকখ্রিবা অসি থাবদা ৱাৎলবনি মরমদি ঙমখৈ লৈত্রবা জগৎনি। (ভা : অহানবা ২ শুবা অধ্যায়।)

মহাদেবনা হায় :- হে ইবুংঙো তোল্লবা শিব ঐনা নংগী তুখোং তুয়াম্বু মশিং থিবা ঙম্বা [illegible]। তুখোং খুদিংদগী মশিং লাকঙমদ্রবা থৌৱানমিচাকশিং পুথোকখি। ঐখোইনা সুর্য্য হায়রিবা অসিসু থৌৱানমিচাকঅমনি। ব্রহ্মাণ্ডদা তাওদুনা লৈরিবা অচৌবা মহান ওইবা পোৎশিং অসি হে কৃষ্ণ নংগী আকর্ষন শক্তিনা অমগা অমগা চিংশিন্দুনা থমলি নংগী ঐশ্বর্য্য শক্তিমানতনা।

মহাদেব কৌবা ঐনা মপান নাইদ্রবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডদা থৌৱানমিচাক অমদগী অমদা অসুম্না মশিং থিঙমদ্রবা থৌৱানমিচাকশিংদা কোইনা চৎপদা শিব ঐগী পুন্সি লোইখিনি থুংবা ঙমদদুনা। খ্বাইদগী ঙকপা নংগী খুৎশেমনি হে শক্তিমান ওইবা পুরষোত্তম নংনা পুথোকখি ফোংদোকখি, গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু শক্তম লৌদুনা থৌৱানমিচাক পুম্নমক্তা চংদুনা লৈরি। অসিদগী হেন্না ঙকপা অসিবু করম্না ওইবনো হায়বগে বেদ বেদান্ত, উপনিষদ অমসুং শাস্ত্র কয়ানা হায়বা শকপ শৈথাবা ঙম্নরোইদবনি। অতিয়াদা তাওরিবা ভৌতিক মচাকশিং অসি য়েংবদা অঙকপা ফংই মদুদি থৌৱানমিচাক পরেংনা তুরেলগুম শাংনা শন্দোকখ্রি

(নিংথৌতুরেল)। অসিগুম্বা খুৎশেমগী মপুদি নহাকনি হে কৃষ্ণ! ননাইনা চহি কলপ কয়া কয়া চংনা নহাকপু ফংনবা উফুল ব্রাইফুল তৈদুনা চাদ থক্তনা নিংজগে নংগী নাম নহাক্কী মহিমা গুনবু মরিক অমত্তং ফংনবা। মরমদি চাওরবা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক অসি হে ইবুংঙো নংগী শ্রীঅঙ্গদা অমত্তা চিংথদনা য়া ১রি। নংতবু ফংজরগা জগৎকী অঙক ়া অমম্বা পুম্নমক কোক্তুনা ব্রহ্মাণ্ড **কোইবগা চপ মান্নবা অদু ওইজগে**। মপোক মপোক খুদিংদা নংগী লীলা য়াওজবা ঙম্বা পীনবিয়ু।

অঙম্বা খরদি শিব কৌবা ঐনা প্রশংশা তৌজগে হে ইবুংঙো নংগী তৌবা ঙম্বা শক্তি খরদংদি। মৈ ঈশিং নুংশিৎনছিংবা জীবগী কল্যানগীদমক নংতনা পুথোকপখি, শেম্বীখি অগ্নি, বরুন, পবন দেবনচিংবা অগ্নি দেব অসে ব্রহ্মাগী মশকনি শিন্থুংনা লৈরি অদুগা জীবগী হকচাংদা লৈদুনা অহিংবা জীব ওইহল্লি। অদুগা নুংশিৎনা মফম খুদিংমক্তা শিৎলি অসিগুম্বা ব্রহ্মনা জীবগী হকচাংদা পঞ্চ প্রান (প্রান মঙা) প্রান, অপান, ব্যান সমান উদান হায়না লৈবিরি। ঈশিংগী কান্নবদি হায়দুনা লোইবা নত্তে। জীবগী হকচাংগী ঈ-তোং শাগৎহল্লি। ঈশিংনা থব্রাইনি পৃথিদা হৌরিবা, অচৎ-চত্তা জীব পুম্নমক্কী হিংনবা পাম্বে ওইরি। **হে কৃষ্ণ নংগী খুৎশেমদি অঙকপা কান্নবনা থল্লি**। হে ইবুংঙো নংনা সুর্য্যগী শক্তম লৌদুনা জীবশিংবু মৈশা পীরি হিংহল্লি অচৎ-চত্তা জীবশিংবু। অমম্ববু কোকহল্লি, মিৎনা উবা লাই হায়বদু ওইহল্লি মরম অদুনা সুর্য্য নারায়ন কৌনরি। মাগী আকর্ষণ শক্তিনা গ্রহ মাপলবু মাগী অকোইবদা লৈহন্দুনা উংহন্দুনা অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং, মিকুপ, পুংজা থাখাই, থা, চহিনচিংবা - তু নাইহল্লি। গ্রহ মাপলগা মীওইবগা মরী লৈনহল্লি জ্যোতিষ চক্রদা। গ্রহ মাপল অদুদি (১) সুর্য্য (২) চন্দ্র (৩) মঙ্গল (৪) বুধ (৫) বৃহস্পতি (৬)শুক্র (৭) শনি (৮) রাহু অমসুং (গ) কেতুনি। হে কৃষ্ণ পরমাত্মা ওইবা নহাক্কী হকচাংদগী মশিং লাকঙমদ্রবা লাই কোটি কুম্বাম্হুমদোই লোইননা শৌচদগী যক্ষরাজ

কুবেরবুসু পুথোকখি অদুগা শ্রী চরন্দগী ভক্ত ময়াম পুথোকখি মরম অদুনা হে ইবুংঙো নংনা ভক্তবু কয়াদা চানবিবা। ভক্তনা নংগী থব্বাইনি ভক্তগী থব্বাইনা নহাক্লা ওইরি। মরম অদুনা ভক্তগা নংগা শান্নবা লীলাতনা লাইনিং লম্বী ওইগনি।

ননাই শিব ঐসু নংগী ভক্ত ওইনা লৌশিনবিয়ুকো হে পরমাত্মা গোবিন্দ, কৃষ্ণ, মাধব।

ইবুংঙো মাগী মহিমা গুনবু ননাই শিবনা করম খঙগনি। চহি কলপ কয়া ঊৎ তৈদুনা, চাদ থক্তনা, চীংনুং মানুং লোক তাই জ্ঞন ইন্দ্রি শিজিন্নদুনা কৃষ্ণ জ্ঞন ফংনবা হোৎনজগে। নংগী শ্রীরূপতবু দর্শন ফংজরগা পোকপগী মহৈ য়াঙ্গগে। নংতবু নিংজবনা শেম্বীবা ঐবু মদুতনা লমন শিংবা ওইজগে। ইবুংঙো নংদি অহানবনি, অরোইবসু নংনি, প্রলয়সু নংনি, নংগী জগৎনি, মিকুপ, নুমিৎ, থা, ঋতু, চাওরবা মতম যুগ হায়বদুসু নংনি, নংতনা ওইবনি পুম্নমক।

শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লদুনা **শিবদা সিদ্ধি পুম্নমক পীনবিরে**। অদুগা হায়রকই হে শিব নং চহি কল্প কয়া, তপ তৌরবা মতুংদা প্রকৃতি সতীবু লৌজৌ নংগী তালোই ওইনা অদুগা সতীগী অনিশুবা মপোক্তা মাহা দুর্গাবু নংগী তৎনা থান্নবা য়াদ্রবা তালোই ওইজৌ।

## শঙ্কর ভগবান্দা পীবা শক্তি

মহাদেবনা তৌবা প্রার্থনাবু তাবিরদুনা শ্রীকৃষ্ণ পরমাত্মানা তাকপিরকখি হে শিব নংঙোন্দা ঐনা শক্তিশিং অসি পীরবনি মরমদি নংনা তৌবা স্তোত্রদা কৃষ্ণ ঐ পেল্লে। সিদ্ধি পুম্নমক নংনা ফংজবা ওইরো। সিদ্ধি পুম্নমক অদুদি - (১) অনিমা (খ্বাইদগী পিকপা ঙম্বা ওইবা) (২) লঘিমা (অপিকপা মখুন্দা চংবা ঙম্বা) (৩) মহিমা (হকচাং চাওথোকপা ঙম্বা) (৪) প্রাপ্তি (য়ৌনিংবা মফমদা য়ৌবা ঙম্বা) (৫) প্রাকাম্য (য়াম্না লাপথ্রবা মফমদা লৈবা অদু পুরকপা ঙম্বা) (৬) বশিত্ব

(থব্রাই পানবা জীব জঞ্জ অমসুং পঞ্চভুতনা ওইবা পুম্নমকপু মহাক্কী শক্তিনা খুদুম চনবা ঙম্বা) (৭) ঈশিত্ব (ভৌতিক পদার্থ) স্না লুপানচিংবা জ্বন য়াওদবা পোৎশিংগী মপু ওইবা) (৮) কামাবসায়িত (ওন্নিংবা পোৎ - মীনচিংবা ওনবা ঙম্বা) (৯) পুম্নমক খঙবা ঙম্বা (১০) অথাপ্পদা ঙাংনবা তাবা ঙম্বা (১১) অতোপ্পা মীগী মনুংদা চংবা ঙম্বা। (১২) বর পীবা ঙম্বা (১৩) অমাং-অতা লৈত্রবা কল্প ব্রহ্মগুম্না উহনবা (১৪) মাঙহনবা ঙম্বা অমরসু পীবা ঙম্বা, পুম্নমক উবা ঙম্বা অমসুং ঈশ্বরগী মতৌ ওইবা ঙম্বসিবু সিদ্ধি ১৮ কৌই হায়নৈ।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি ঃ

হে লাই পুম্নমক্কী মপু ওইবা শঙ্কর। নংনা ঙমদবা লৈতবা ওইয়ু। বর পীবা ঙম্বা ওইয়ু। অশিববু জয় তৌবা ঙম্বসু ওইজৌ। কৃষ্ণ ঐগী চান্নবা পুম্নমক্তগী নং নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে। কনাগুম্বা অপঙবা জীবনা হায়বদি জ্বন লৈতবা মীনা পাপি অদুনা নংঙোন্দা নিন্দা তৌরবদি কালসুত্র কৌবা নরক্তা, নুমিৎ থানা লৈরিবা অদুক্কী মখৈ লৈগনি। কল্পদু কোটি চামা শুরবা মতুংদা নহাক্না শিবাং (দুর্গা দেবীবু) লৌরগনি। অদুগা শম্ভু নহাক্না প্রকৃতিবু অহানবদা লৌরগা লাইগী চহিদা চহি লিশিং অমা চুপ্না শৃঙ্গার শান্নদুনা নুংঙাইনা থোইদোক হেন্দোক্না লৈরগনি। মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণ পরমাত্মানা ভগবান শিবদা নুংশিনা হায়বা শক্তি পীবা অদু লোইজরে।

শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি ঐনা জগৎ সৃষ্টিগীদমক বিষ্ণু ময়াম অমা পুথোকলি মখোই অদু ঐনা ফোংদোকপা ঐগী শকলোন ঙাক্তনি। মথক্তা হায়খ্রিবা মহাবিরাট পুরূষ হায়বদি মহাবিষ্ণুনা মহৎতত্ত্ব কৌবা ভৌতিক শক্তি মপুমসি শেম্মী। গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুনা ব্রহ্মণ্ড খুদিংমক্তা মখল মখা অয়াম্বা শেম্নবা চঙউী। ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুনা পরমাত্মা ওইনা ব্রহ্মণ্ড পুম্নমক্তা শীম্বুংনা লৈ।

য়েংউ হে ব্রহ্মা, হে বিষ্ণু, হে শিব নখোই অহুমদা জগৎ

সৃষ্টিগীদমক শিন্নরিবা নখোইগী কর্ম্মনি নথৌনি। ব্রহ্মানা জীববু শেমগনি, অদুগা শ্রীবিষ্ণুনা জীববু য়োকপিগনি, জীব খুদিংদা আত্মা ওইনা লৈগনি, মফম খুদিং শিম্বুংনা লৈগনি। অদুগা শিব নংনা প্রলয়মগী মতমদা কৃষ্ণ ঐনা প্রলয় তৌবা মতমদা সংহার ওইনা য়াওগনি। মতৌ অসুম তৌনা ব্রহ্মানা জীব শন্দোক্লবগীদমক মচা ময়াম পুথোকখি।

তাবিয়্যু ব্রহ্ম সভা ময়াম : অসিগী মতুংদা ব্রহ্মাগী মরমদা খরা অমুক লীরগে। ব্রহ্মাগী নুপী সাবিত্রিনা লাইগী চহিদা চহি ১০০ য়াম্না লুম্না গর্ভ পুখি। অদুগা বেদ মরি পোকখি। শাস্ত্র ময়াম তর্ক, ব্যাকরন্নচিংবা মখল মখল অমসুং পুক্লিং হুরবা মক্তবা রাগিনি মশিং কুন্থ্রাতরুক, ফজরবা রাগ তরুক অমসুং তাল ময়াম লোইনা মুর্ত্তি পান্দুনা পোকখি। চহি থা ঋতুনচিংবা অসিসু পোকখি। কাল কৌবা লাইগী নুপী, মৃত্যু কন্যা লাইনা লাইথুং ময়াম পোকখি। পুষ্টি দেবী, তুষ্টি দেবী, মেধা দেবী, বিজয়া দেবী, কৃত্তিকাগন তরুক, কর্ম্ম তরামাথোই যোগ ২৭ সু পোকখি। কার্ত্তিকেয়গী চান্নবী সতী, দেব-সেনা-মহাষষ্ঠি দেবীদি মাতৃকা ময়ামদগী অথোইবীনি। অঙাংশিংগী ইষ্টদেবনি। ব্রহ্মা কল্প, পদ্ম কল্প, বরাহ কল্প নচিংবা অসিগুম্বা কল্প অহুমসিবু খঙনৈ।

ব্রহ্মাগী অধর্ম্মসু পোকখি। অলক্ষ্মীশু পোকখি। অদুগা অধর্ম্মগী নুপীসু ওইখি। অসিগী মতুংদা ব্রহ্মাগী পুক্লিংদগী চহি ৫গী বয়শদা অদুম ওইবা মচা মরি পোকখি মথংশিংনা সনক, সনন্দ, সনৎকুমার অমসুং সনাতন্নি। মখোইশিংসে শ্রীহরিবু নিংজবা লাইনিংবা তপ কনবা ঙাক্তনি।

ব্রহ্মাগী খোইদৌদগী শেম্বা শাবা হৈব বিশ্বকর্ম্ম পোকখি। অদুগী মতুংদা স্বায়ম্ভুব মনু পোকখি, মাগী নুপীনা, শতরুপ কৌই। ব্রহ্মাগী পুক্লিংদগী সংসার শেম্নবা, মচাশিং পুথোকখি। তৌইগুম্বসুং মচা ৪ সনন্দনচিংবদি লাইনিংবা চৎখি। ব্রহ্মাগী অশাওবা অদুনা মৈগা ব্রহ্মতেজগনা মঙাল লৈরবা রূদ্র ১১ পুথোকখি। মখোইদু সংসার মাঙহনবা কালাগ্নি রুদ্রনি, মহাদেবগী অংশ ঙাক্তনি। মখোই তম গুন

ঙাক্তনি। রজ গুন্দি ব্রহ্ম অমসুং শিবনা চেল্লি। বিষ্ণুদি - সত্ব গুন্নি। গোলোক নাথ শ্রীকৃষ্ণদি গুন অহুমদগী লাপ্না লৈ হায়বদি গুন অহুম চংদে অমসুং প্রকৃতিবু ইবুংঙোনা পুথোক্লকবসু প্রকৃতিদগী তোঙাল্লি।

সৌতিনা হায়রকখি :

অসিগী তুংদা ব্রহ্মাগী তোঙান তোঙানবা হকচাং কয়াত্তগী ব্রহ্মাগী অংশনা ওইবা অথোইবা জগৎ শেম্বা ঙম্বা মুনি ময়াম পুথোকখি - মথংশিৎনা (১) পুলস্ত্য (২) পুলহ মুনি (৩) অত্রি মুনি (৪) ক্রতু মুনি (৫) অরুনী (৬) রুচি (৭) অঙ্গিরা (৮) ভৃগ্রু (৯) মিদগী কর্দ্দম (১০) খোইদৌদগী পঞ্চশিখ মুনি পোকখি। (১১) ব্রহ্মাগী থবাক্তগী বোড়ু অমসুং (১২) খৌরিদগী নারদ মহামুনি পুথোকখি অদুগা (১৩) দক্ষ প্রজাপতি। (১৪) লেংবান্দগী মরীচি (১৫) ঙকশমদগী অপান্তরতমা (১৬) লৈয়েদগী বশিষ্ঠ, (১৭) চিনবান্দগী প্রচেতা, (১৮) ওইথংবা শেগ্রাক্তগী হংসী, (১৯) য়েৎথংবা শেগ্রাক্তগী যতি পুথোকখি। ব্রহ্মানা হায়খি - মরীচিগী পুক্লিংদগী কশ্যপ প্রজাপতি পোকখি, অত্রিগী মিৎকী অমোৎপদগী চন্দ্রবু ক্ষীরোদ সমুদ্রদা পোকখি। প্রচেতাগী পুক্লিংদগী গৌতম্বু পোকখি, পুলস্ত্যগী পুক্লিংদগী মৈত্র বরুনবু পোকখি। চন্দ্রদেব থা অসি মুর্ত্তি পানবনি।

স্বায়ম্ভুব মনুগী চান্নবী শতরুপাগী গর্ভদা কণ্যা অহুম পোকখি। মমিংদি আকুতি, দেবতুতি অমসুং প্রসুতি কৌই, মখোইসি পতিব্রতা সতী ঙাক্তনি। প্রিয়ব্রত উতানপাদ কৌবা মচা অনী অমসু থোইদোক্লা নিংথিনা পোকখি। উতানপাদগী মচা য়াম্না ধর্ম্ম লৈবা **বৈষ্ণব ধ্রুব কৌবা** অমা পোকখি। আকুতি কৌবী কণ্যাবু রুচিদা পীখি। দক্ষ গী বীর্য্যদগী প্রসুতিগী গর্ভদা মচা নুপী হুম্ফুখক পোকখি, কণ্যা নিপালবু ধর্ম্মগীদমক পীখি। রুদ্র তরামাথোইদা কণ্যা তরামাথোইবু পীখি। শিবগীদমক সতী কৌবী কণ্যা সতী সাধবী অমা পীখি।

অসুন্না প্রজাপতিশিংগী ঔরোসতগী অমসুং মশাদগী কণ্যা কয়া পোকখি অদুগা অতৈ অতোপ্পদা পীদুনা (লাই মশিং) হেনগৎহনখি।

সৌতিনা হায়খি :

ব্রহ্মাগী মচাশিং অসি গ্রহনচিংবা শেম্বা ঙম্মি অঙকপনি ব্রহ্মামক্কা মান্নে হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। মতম অদুদা থা থৌরানমিচাক নুমিৎনচিংবা অসি মুর্ত্তি পালম্মী, হোম্ তপ তৌবদা হেক্তা লাক্লম্মী।

নারদনা হায়খি :

হে পিতো! নচাদি যুম পাল্লোই, করি কান্নগনি। সংসার যুম্বানবগী বিষয়দা চংলবদি শ্রীকৃষ্ণবু নিংবদা অপনবা ওইগনি। ইয়াম্বা অহলশিং সনকনচিংবা মখোই ৪ দি চৎখ্রগা ঐখোইনা করিগী যুম পানগদৌরিবনো ? অচিকপদা ফমদুনা ইবুংঙো মাগী নাম শোন্দুনা খঙ্ঙমদ্রবা মাগী প্রেম ভক্তি তত্ত্ব ঐশ্বর্য্য, জ্ঞন বৈরাগ্যবু খঙ্নবা হোৎনজগে, পুন্সি লেঞ্জগে কপচগে মাগী নাম থম্মোই ইহৌনা শোনবনা নচাগী অপেনবা নুংঙাইবা ওইজগে। মরম অদুনা নচাদি যুম পানবা ঙমজরোই। ব্রহ্মাদো নিংবা কায়দুনা অশাওবনা মশাদো থক থক নিক্তুনা মখাগী ৱাহৈশিং অসি হায়রকই।

ব্রহ্মানা হায়খি :

নারদ কৌবা নং ঐগী শাপনা জ্ঞন লৈতবা ওইগনি। অদুগসু নুপীগী ৱাখন্দা পুক্নিং চংবা, কামগী শান্নবদা অওকপা অপেনবা লৈতবা, লম য়াম্না হেনবা ওইগনি। লৈশাবী মথোৎ কারকপী নুপী য়াঙ্খ্রেগী মপুরোইব ওইগনি। বীনা যন্ত্র খোংবা য়াম্না হৈগনি। নংগী অহানবা মপোক্না গন্ধর্বরাজগী মচা উপবর্হন কৌবা অমা মহাদেবগী বরদগী ফংগনি। যুগলক্ষ অমা চুপনা মী লৈতবা বন্দা শান্নগনি। মথং মপোক্তা শুদ্রানীগী গর্ভদা মচা ওইনা পোক্লগনি। অদুগী মতুংদা অমুক ঐগী ইচা ওইনা ফংগনি ব্রহ্ম ঋষি নারদ হায়না ফাওগনি।

**নারদনা হায়খি :**

ইরল লৈজদবা ঐবু (নচাবু) শাপ পীবিরবনিনা নচাসু ইপাদা শাপ অমা খঞ্জবা তারে। হে ইপা ইবুংঙো! নহাকপু জগৎ জীবনা কল্প অহুম চুপ্পা পুজা তৌনদবা ওইবিয়ু। যজ্ঞী শরুক, পুজাগী শরুক, হোমনচিংবা লৈতবা ওইয়ু। মপা মচা শাপ তৌনরবা মতুংদা তুমিন তুমিন মথৱাই নুংঙাইতনা ফমখি। নারদসু মপোক অহুম মপাগী শাপকী মতুং ইন্না পোক্তুনা নুপীশিংগা শান্নদুনা লেনখি। মতুংদা শাপ লোইরদুনা ব্রহ্মাগী মচা ওইনা অমুক হল্লকখি অদুগা শ্রীহরিগী অথোইবা ভক্ত ওইনা জীবশিংগী কল্যাগীদমক হরিনাম তত্ত্ব গুনবু জগত্তা শন্দোকখি। মহাক্কী তপ কী শক্তিনা যুগ খুদিংদা হরিগী লিলাবু য়াওজবা ফংখি।

হৌজিক্তি মথংগী লমাইদগী শিব রাত্রি ভগবান শিববু পুজা তৌবা অমসুং মাগী মহিমা গুনবু শক শোন্নবগী মরমদ ইজরকলি মসিদা অশোই অঙাম য়াওরবসু ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা ঙাকপিগনি।

ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরান্দা ভগবান শঙ্করবু পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণনা পুথোকখিবগী ৱারী লোইজরে। মথংদা পদ্যগী অমসুং কাব্যগী মওংদা ঈশৈ শকপা ওঝাশিংনা শকপদা নুংঙাইনবা খুদোং চান্নবা ইজরকলি।

শ্রীহুইদ্রোম ভরত (ভুবন) সিংহ
চিংঙামথক নামৈরাকপম লৈকাই।

## ওঁ নমো শিবায় ঃ



### শিব ধ্যানম্

করপুর গৌরং করুণা বতারং
সংসার সারং ভূজগেন্দ্রহারং
সদা বসন্তং হৃদয়ারবিন্দে
ভবং ভবাণি সহিতং নমানি ।।

করপুরগুম্না ঙৌরবা, থৌজাল হৈবগী মশক ওইরবা সংসার পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা অনন্ত অমসুং বাসকীণা লীক্কুম্না খাওণবা, মতম চুপ্পদা নহাদা ওইদুনা লৈবা হৃদিপদ্মদা ঙাম্থোইবিরিবা হে মহাদেব

ভবানীগা লোইননা খুরমজরি।

# শিব রাত্রি

## শিব-পুজা

ওঁ গণেশায় নম:

গুরু ব্রহ্মা, গুরু বিষ্ণু, গুরুর্দেব মহেশ্বর
গুরু শক্ষাৎ পরম ব্রহ্ম তসমৈ শ্রীগুরবে নম:।
অধণ্ড মন্দল কারং ব্যাপ্তুং যেন চরা চরম
তৎ পদং দরশিত যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নম:।
জয় জয় মহাপ্রভু মহা অবতারী, অবতার শিরমনি
কলি যুগে চিন্তামনি। জয় জয় শ্রী চৈতণ্য জয় নিত্যানন্দ
জয়দ্বৈত চন্দ্র জয় গৌর ভক্ত বৃন্দ।

(শ্রীনিত্যানন্দ চরণ কমলেভ্যো নম: শ্রীঅদ্বৈত চরন কমলেভ্যো নম:

শ্রীগদাধর চরন কমলেভ্যো নম: শ্রীবাসাদি চরন কমলেভ্যো নম:)

কলি যুগকী চিন্তামণি শ্রীগৌরচন্দ্রগী চরন থম্বালদা কোটিরক হন্না প্রণাম তৌজরি। শ্রী নিত্যানন্দবুসু খুরমজে। অমনগী থাওমৈ ওইবা শ্রীঅদ্বৈত মহাদেবনা শাইওনববুসু হন্না হন্না খুরমজে। শ্রীগদা ধর অমদি শ্রীবাস ভক্ত শক্তি অমসুং ভক্ত শ্রীবাসবুসু খুরমজে পঞ্চতত্ত্ববু।

পাওজদ্রবা শ্রী হুইদ্রোম্ ভরত সিংহনা ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরান অমদি শিব মহাপুরান, বিষ্ণু পুরান অমদি গ্রন্থ কয়াদগী খর খর লৌখৎচদুনা

হয়িংখোইনা লৈরাং লৈকাদগী খর খর চুপচদুনা অমৃত খোইহী পৈশিনবগুম্ হৈত হৈত খরদং ইজবনি। খোইরা হুন্দোক্লগা খোইহীগী রসতমক আস্বাদন তৌবিয়ু হায়না পাবিরিবা, তাবিরিবা ভক্তশিংগী মফমদা ঙক্তা ফী য়েত্তুণা খুরমজরি।

মহাদেবগী মগুন্না চাওখিবনা, হায়রোইদবনা হায়খিবা অদুগা হায়গদবনা হায়হৌদবা অরানবা কয়া য়াওরবসু শিবগী চরন থম্বালদা খুরমজদুনা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা ঙাকপিগনি।

শ্রীহুইদ্রোম্ ভরত (ভুবন) সিংহ
চিংঙামথক

## শ্রী গৌরচন্দ্র

লেঙ্শিনবিয়ু হা গৌরহরি
সংকীর্ত্তন্দা ঙানবিররোগবা।
য়েত্তা নিত্যাই ওইদা গদাধর,
অদ্বৈতবুসু য়াওহনবিরকউ।

ভক্তিনা তুলসী নিমন্ত্রন তৌজরি, (কচ্চরি)
প্রেম্না চন্দন ওইদুনা চংজরি।
হা গৌর চানবিয়ু চংজবনি,
করম শক্লনি শিব সংকীর্ত্তন।

লমজিংবিয়ুনে খরদং শকচবা,
মপান নাইদ্রবা শিব মহাপুরান।
সংকীর্ত্তনগী মপুনিনে নংদি হা গৌরী,
লৌবিগনু কো অরানবা কয়া (কাইখিবা)

সার

অদ্বৈতবু উবদা গৌরনা
শোল্লকলে জয় সদা শিব।
হে শঙ্কর ণংতনা শকচৈ শোঞ্জে,
হরি ণাম মন্ত্র লৈয়েং মঙানা।

ব্যাখা : অহানবদা কচ্চরি পুজা গণেশ গনপতিদা।
ওঁ গজাননং ভূতগনধি সেবিতং কপিত্থ জম্বুফলসার ভক্ষিতং
উমা সুতং শোকবিনাশকারনং
নমামি বিঘ্নেশ্বর পাদ পঙ্কজম।

মণিপুরি : শামু মাইথোং পানবা থব্রাই পানবা পুম্নমক্না নিংনরিবা হৈ খাগোক অমসুং জামগী মচি ওইবা শরুক হারিবা উমাগী মচা নুপা অৱাবা পুম্নমক্কী হৌরকফম মাঙহনবিবা য়ৈখাই থিনগাইবা মাঙ্হনবিবা গণেশকী খুয়া থম্বালদা খুরমজরি। কচ্চরি হৈ খাগোক অমুনবা জাম অথুম অহাও শন্দেশ পোৎলম ১৬ য়াওনা লৌবিয়ু লৎনদনা।

**শ্রীগণেশকী ঈশৈ**

জয় গণেশ দেব হে গনপতী
য়ৈখাই থিনগাইবা মাঙ্হনবিবা প্রভু।
ভজণ সাধনসু খণ্ডজদে ননাইনা
কচ্চরি পুজা তরাম্না লৌবিয়ু।

ভুটনাথ পাবর্বতীগী মপারি,
শামুগী মাইথোং য়া নামতা পানবা।
নোই পেল্ল হকচাং চীং লেমজ মুর্ত্তি,
লক্ষ্মী সরস্বতীনা লেঙদ লৈরিবা।

লম্বী লমজিংবিয়ু সংসার ঈপাক্তা,
ঙাকথোকপিয়ু অৱা, খুরৌ চেনবা।
পীনবিয়ু ৱাত্ত পাদ ননাইবু,
নিজরি ফিগাও শানা হাপ্পিয়ুনে।
চানবিয়ু ননাইবু খুরমজরি।।

## শ্রীণারায়নবু পুথোকপা

ব্যাখা : ঙমখৈ লৈত্রবা লোইবা খম্বা লৈত্রবা জগত্তা পরং ব্রহ্মগী মঙালনা মাইকৈ শিনবা থুংলম্মী। খোঞ্জেল অমদি ব্রহ্মণ্ড শিন-থুংনা ঙংলম্মী মদু ওঁ কার শব্দণি। পরমাত্মানা মুর্ত্তি নাইরগে নিংদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তি পাম্বোম অনি পানবা ওইবা খুত্তা বাঁশী পায়বা ৱাহোং মতু য়াওবা স্নাগী মুকুট (লুহুপ) থোম্দুনা ফোংদোকপিরে জগত্তা সৃষ্টি শেম্নবা। ফুইনা নোংহৌ কুচুনি, খ্বাংদা স্না ফিগে থোনবনি বনমালানা লৈতেংবনি। থাজ মপৈ কোটি ঙমজনা ইংবা মাইথোং থম্বাল লকা ঙমজবা মিৎস্না, মোমোন নোকপা চিনবান অঙাংবা য়েংবদা চহি ১৬ কী বয়সনি। থৌজালগী শক্তম ওইবা শ্রীচরণনি। পাম্বোম মরী পানবা ণারায়ণ শ্রীকৃষ্ণদগী তোপত্রবা মাবু পুথোক্লবা মতুংদা সংসারগী ওইবা মহান, অহংকার পঞ্চতান মাত্র, রূপ রস গন্ধ সপর্শ শব্দ পুম্নমক পুথোকখি। হান্ননা মথক্তা শ্রীকৃষ্ণ রূপ ইজখ্রবনি।

## শঙ্করবু পুথোকপা

চোংথোরকলে শঙ্কর দেব ভগবান
কৃষ্ণগী ওইথংবা শ্রীঅঙ্গদগী।
মাইথোং মঙাদা মিৎস্না অহুম অহুম
লৈতেংলি কোক্তা জটাগী ভারন।

ফজবা, শুমহৎপা লেমজবা মুর্ত্তি,

থাজ কোটি ঙমজ, ইংলবা মাইথোং।
কোরৌগী মঙাল হেল্লবা ব্রহ্মতেজ
সিদ্ধি তরানিপাল লৈতেংবা শক্তি।

মিৎসনা থম্বালনি থৌজালগী মিৎয়েংনি,
জীববু চানবিবা থোৎল থম্মোইনি।
হরি ভক্তিদা লাইনিং চেৎলবা,
হে যোগেশ্বর মালা জাপ তৌরিবা।।

## শ্রীকৃষ্ণগী বাইক্য

তাকপিরে কৃষ্ণনা হে শঙ্কর দেব,
(কৃষ্ণ) ঐবু নিংজৌনে কল্প কোটি চামা।
প্রকৃতি সতীবু তালোই ওইজৌনে,
মথং লাওন্দা দুর্গাবু ফংজৌনে।

ঐনা হায়বসে কাওগনু হে শিব,
নংগা ঐগা হর হরি কৌগনি।
নংবু নিংদ্রবা জীবদো হে শম্ভু
তাগনি নরক ফংগনি পাপ মৈচাক।

যুগ যুগ খুদিং কৃষ্ণ ঐগী লীলাদা
য়াওজবা ফংজবা ওইয়ু হে শঙ্কর।
ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর শক্তম লৌদুনা,
সংসার শেম্বা, য়োকপা মাঙ্‌হনবা ওইগনি।

ব্যাখা : শ্রীমদ্ভাগবত গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা সখা আর্জ্জুদা তাকপিখি। মদুদি মহাদেবগী (শঙ্করগী) মপুং ওইবা শক্তমদি কপানি কৌবদো, কৃষ্ণ ঐগী শক্তিনি। মমিং কয়ানা লৈতেংবা শঙ্কর ভগবান্নি। শিব হায়বদি মঙ্গলগী মশক ওইবা, শম্ভু গঙ্গাগী মবুংঙো। ভগবান শিবগী মমিংদি

য়ামখরে, মমিং লিশিংনি। খরদং পঞ্জরবদা, মহাদেব, মহেশ্বর, ভুটনাথ, শিব শঙ্কর, ভোলানাথ, ভৈরব, উমাপতি, পার্ব্বতীনাথ, যোগেশ্বর, নীলকন্ঠ, শিব লিঙ্গ, হরদেব, অসিনচিংবনি। পরমাত্মাগী য়েৎথংবা মিত্তগী অকিবা ফংবা মশক ওইবা ময়াম অমা পুথোকখি। ত্রিশুল শীংজং পায়বা মমিৎ অহুম / অহুম পানবা নকোক্কী জটাদা থা মচেৎনা লৈতেংই। মাইকৈনা ফিশেৎ ওইবনি খরনা কৈউল থোনবনি। মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংগী ঈশ্বরনি, ব্রাং চাওই, মখোইগী মঙান্দি অচাকপা মৈবুলগী মতৌগুম্বনি। রূদ্র শক্তি ঙাক্তনি। ব্রহ্মাগী লাইবক্তগী রূদ্র ১১ পুথোকখি। মখোইদু সংসার মাঙ্হনবা মতমদা কালাগ্নি রূদ্রনি হায়নৈ। মখোইশিংদুগী মমিংদি অষ্ট ভৈরব, কালাখ্যা ভৈরব, অসিত ভৈরব, ক্রোয় ভৈরব, মহা ভৈরব খতাঙ্গ ভৈরব। মখোইশিংসি শিব শক্তি ঙাক্তনি।

অসিগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা মিত্তগী অকিব ফংলবা মুর্ত্তি অমা ভগবান্না পুথোকখি। মশাদা কৈগী মঊন্না লৈতেংই মখুত্তা ত্রিশূল শীংজং অমসুং গদা পায় মাইকৈনা ফিশেৎ ওই মশা মউ, য়াম্না ব্রাং চাউই মমিৎ অহুম পাল্লি মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংগী মবুংঙোনি। ডাকিনী যোগিনী অমসুং ক্ষে ত্রপান ময়াম লিশিং মখোইদু কৃষ্ণগী নাতোন অহোবদগী অমসুং পুক্তগী পুথোকখি। মসিগী মতুংদা মক্রুবা ফজরবা মুর্ত্তি পুবা লাই অথোইবা কোটি কুন্থ্রা মশিং শুনা শ্রীকৃষ্ণগী নঙ্গন্দগী পুথোকখি।

হে শঙ্কর! নংদি ব্রহ্মানি, বিষ্ণুসু নংনি, রূদ্র ময়ামসু নংগী শকলোন ঙাক্তনি। জগৎ ঙাকপদা রূদ্রশিংবু তোঙান তোঙান্না শিজিন্নবনি।

অলাব সার জগৎ ব্রহ্মণ্ড মাইকৈ নিপান্দা

ঙাকপিরি জগৎ ভৈরব (রূদ্র) নিপান্না।
মাঙহল্লি অকি অখং (তুজুং) পুম্বা,
খুত্তা ত্রিশূল শীংজং পায়দুনা।।

ঈশৈ হে বিশ্বগী মপু শঙ্করদেব
নংদি ব্রহ্মাসুনি বিষ্ণুসু নংনি।
অকাশ পতালসু নংগী শক্তমনি,
নুমিৎ কোটিসু শেম্বা ঙম্বনি।

ব্রহ্মাগী শক্তম্ লৌদুনা নংনা
পুথোকখি রূদ্র তরামাথোই।
কালাগ্নি রূদ্র কৌদুনা নংনা,
মাঙ্হল্লি সংসার প্রলয়গী মতমদা।

মপান নাইদেদা নংগী থৌজান্দি
নিজবদা হেক্তা পীনবিবনি।
শকচরি নগুন তোল্ল ননাইনা
মঙ্গোলগী মশক ওইবা শিব-নাম।
ওঁ নমো শিবায়, ওঁ নমো শিবায়।

## কৈলাশ ভবন

ব্যাখা : সুন্দা তাওদুনা লৈবা কৈলাস ভবন শিব-সতীগী লৈফম ধামনি। বৈকুন্ঠগী ওই থংবদা লৈবনি। পাক চাওবনা যোজণ কোটি অমনি, ঙান্দুনতা লৈবনি। মণি রত্নগী মঙান্না কয়াদা নিংথিজৈ, ফজৈ, চাংদমনিংঙাই লৈতে, থাবনা ব্রাৎলবনি। বিশ্বকর্ম্মনা ফজনবা হৈকোন লৈকোন মন্দিরনচিংবা মণি রত্ননা শেম্বনি ফজবনা মপা লৈতবনি

পুক্লিং হুনবগী শকলোন্না থনবনি। অঙৌবা চীংদোন কয়ানা নুমিৎকুম পুমলং লংবনি থাজগুম মেংনা ইংনা পুক্লিং হুরিবা মাইকৈ মরিদা শাংনা তাম্না শন্দোকখ্রিবা। লিরিহুম্বা মালংনা ইংনা তপ্না শিত্তুনা শিব-সতীগী থৌগঞ্জবনি হৈনম লৈনমগা লোইননা। শাৎচরি লৈরাংশিংনা ফুগাই ফুগাইনা। খোইমুনা ঙংলি লৈহী ইখৌলাংনা। কোকিল ৱাহোংনা উশাদা তোংদুনা খোইথুম্লবা শুরনা শিব-নাম শোল্লি, জগোই শারি। মন্দাকিনী গঙ্গানা কৈলাস ভবন্দা কোইনা চেন্দুনা থৌগঞ্জরি। থৌজানগী মিৎয়েং তাবিরি ভগবান শিব-সতীনা। (ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরান)

ফজৈদা নিংথিজৈ কৈলাস ভবন,
মনি রত্ননা পুমাঙাল ঙাল্লিবা।
চীংদোন কয়া অঙৌবা মনিগুম্
নুমিৎকুম লংলি মাইকৈ মরিদা।

চাংদমফম্ লৈতে থাবনা ৱাৎলি,
ঋতু পুস্বনা থৌগল্লিবা ধাম্।
ৱাখলগী ৱাংমদা লৈখ্রবনি,
বৈকুন্ঠদগী তাদ্রবা কৈলাস।

মন্দাকিনী (গঙ্গানা) কোইনা চেল্লিবা,
ভগবান শঙ্করবু থৌগঞ্জবা।
হৈপাল লৈপাল পরেং / পরেং হৌরিবা
হৈনৌ বোরোই কয়া কয়ানি।

পোমশাৎনবী লৈরাংদা খোইমুনা ঙংলি

লৈহী চুপচৈ পেঞ্জে হরাও মথোই কাজৈ
কোকিলগী থুন্নবা খোন্থাং মঙানা
খোংলিবা শুর কুঁ কুঁ পুক্লিং হুরি।

ব্যাখা : প্রকৃতি শক্তম ওইবী সতী অমদি ব্রহ্ম ওইবা ভগবান শিবনা সিংহাসন্দা য়েৎকা ওইগা ঙাম্থোইবদি, নুমিৎ থা অনিনা য়েৎকা ওইগা থোকপগুম ফজবা মপা লৈতেদা নিংথিজৈদা থাবনা ৱাৎলবনি প্রমানগী ৱাংমদা লৈরেনা। মনাইশিংনা অনিগী থম্বাল লকা ঙমজবা থৌজালগী মিৎয়েং অমৃতবু লৈহী পাম্বা খোইমুগুম্ চুপচরি থম্মোই ইহুন তম্লা। স্বৰ্গনি কৈলাস ভবন, শিব সতীগী নাক্তা শিজরবা জীবনা থোইদোক্লা পাপ পুন্বা কোক্তুনা স্বৰ্গ ধাম ফংজবনি। সতী দেবী লাইরেম্বী প্রকৃতিনা মবুংঙো ব্রহ্ম শিবগী থৌগল ফংজবদা ঙমখৈ লৈতনা কয়াদা হরাওজবা।

ঙাম্থোইরি শিব-সতী অনিনা
নুমিৎকুম থাজগুম্ সিংহাসন্দা।
ব্রহ্ম তেজনা পুমঙাল ঙাল্লে শিব,
ইংলবা থাজ মাইথোংনি সতী।

অশংবা ফিজোল পকচবী ইমা,
নিংদুতাবা শম্লাং কন্দর্প লাংনি।
থৌগঞ্জে মোমোন নোক্লা শিববু,
প্রেম সেবাতনা কয়া হরাওনা।

পুমশুম্ শুমহৎলে ভগবান শিব,
সতীগী শাবান শক্তম উবদা,।
চাংদম্নবা পুম্বা মাইথীরবা
ইবেম্মগী ফজবনা হেল্লবা।।

# শ্রীমদ্ভাগবতম্
## চতুর্থ স্কন্ধে চতুর্থোঽধ্যায়
## শ্রীমৈত্রেয় উবাচ।।

## সতীনা হায়খি

দক্ষ প্রজাপতীগী মচা ইবেম্মা সতীনা মপাগী যজ্ঞ খুরমজগে নিংবনা মপুরোইবা মহাদেবগী মফমদা হঙ্গৎচখি। সতী ঐগী থৱাই ওইবা হে শিব! ননাই তোল্লবীনা ইপাগী যজ্ঞ চৎচগে। ভুত বর্তমান অমসু ভবিষৎ খঙ্বা তুংদা থোক্কদবা পুম্নমক উবা ভগবান শিবনা মাগী রমনী সতীবু মপাগী যজ্ঞ চৎচগে হায়বদা থিংবা লৈতে মরমদি লাই খুরম্বা চৎকে হায়বদা থিংবা হৌনদে। থিংলবদি দোষ লৈ। অসুম্না সতী দেবীনা মনাইশিং লোইননা মপাবুং দক্ষকী যজ্ঞশালা য়ৌরবা মতমদা তিল্লমলিবা সভাবু খুরমজৈ অমসুং মপাবুংবু খুরমজবদা মহাকপু তরাম্না তৌবিরমদরে অমসুং কৌবিরমদরে। মপাবু কিবদগী কনা অমত্তনা মাবু স্নাগৎ তৌবিখিদে। অদুগীসু মথক্তা মপাবুং দক্ষনা মহাদেববু থীনা থীনা চৈরমলে অমসুং শিবগী হোম শরুক থুংবিরমদরে। ইবেম্মা সতীগী মশা অদু থক থক নিকপমখৈ শাওরম্মী। ইবেম্মগী হকচাংদগী লানমী ময়াম থোরকলে অমসুং নুংঙাইতবনা শাওবনা মপুক্নিং ফাথবা ঙমদদুনা মপাগী মফমদা ৱা কয়া হায়বা হৌরকলে। করিগীনো ইপা ইবুংঙোনা শিববু নিন্দা তৌরিবা ? মহাক্কী মফমদদি অচান মিরাই নাইদবনি। শিব নাম শোনবদা পাপ পুম্নমক কোকইবনি। ইপানা শিববু মশক খঙবা ঙমদরে। মহাক্তি লেঙদবা ব্রহ্মনি, শিদ্ধি তরানিপাল লৈতেংবনি খঙদ-ভঁদ লৈতবনি। জীবগী হকচাংদসু পরমাত্মাগা লোইননা আত্মা ওইনা লৈবনি। মাদি থৌজালগী মশকনি। মহাক্কী অমৃতগী মশক ওইরবা "বরনা" অপাম্বা পুম্বা ফংজবা ঙমলিবনি। জগৎ সংহারদসু মাতনাওইবনি সংসারদা অচুম্বা লৈরক্তুবা অন্যায় ওইরবা,

পৃথিনা পাপ পুজবা ঙমদবা মতমদা মহাদেবগী হকচাংদা শক্তি পুন্নমক লৈবনি, অমসুং মহাদেবগী মফমদা দোষ তৌবা নংগী হকচাংদগী পোক্লকলিবা ঐগী পাপ চেল্লবা হকচাং অসি মপোক ফত্রবনি, অসিগুম্বা দেহ্ অসি কান্নদ্রবনি। মরম অসিনা নংনা পোকপা জড় ওইবা হকচাং শরুক অসি হুন্দোকখ্রগে।

মৈত্রয় মুনিনা হায় হে য়েক্লবা মাঙ্হনবা বিদুর!

অসিগী তুংদা দক্ষবু থিনা হায়রম্লগা সতীনা যজ্ঞী অৱাংথংবা মাইকৈদা লৈবাক্তা ফমথখি। ৱা ঙাংখিদরে। যোগাসন্দা পুক্লিং চেৎনা ফমদুনা ফী নাপু অমনা মশা কুপশিন্দুনা মিৎ উইশিন্দুনা যোগ ধারনা তৌবা হৌখরে। মীওইবগী নাভি পদ্মদা ষড় চক্র ৬ (তরুক) লৈরি, খোইদৌদা লৈরিবা চক্র প্রানায়ম তৌদুনা প্রান বায়ুবু - অপানেগা চপ মান্ননা অপান্দা থন্নগা অদুগী তুংদা উদানে-উদান বায়ুবু থম্মোইদা থাঙ্গত্তুনা বুদ্ধিগা লোইননা হৃদি থম্মোইদা লৈহল্লগা অদুদগী থবাক য়ৌরগা খৌরিরোমদা মথং মথং পুখত্তুনা খৌরিদগী পীশুম অনিগী মরক্তা সতী দেবীনা থাঙ্গৎখি। শিরনি হায়না চিংনদ্রবী সতীনা মাগী ধ্যান্না তাইবংপানগী গুরু ওইবা রুদ্র দেবগী মাইথোং থম্বালগী লৈহীতবু নিংজদুনা অতোপ্পা কনা উখিদরে মপুরোইবতবু উখরে।

"লাইবক থীবী সতী ঐদি শ্রীচরন সেবা মতোন লোম্না তৌজৌ তন্নমদরে হয়েংমুক্কী মপোক্তা সেবা ফংহনবিয়ুকো হায়না হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজদুনা প্রান ব্যান অপান সম্মান অমসুং উদান পঞ্চপ্রান মঙা অসি মপান থোকখিদুনা অশিব দেহেনা তাদুনা লৈহৌই।"

লাইয়াম পুন্নমক্লা ফত্তেদা দক্ষ নংসে - নংগী নমোম সতীবু অসুক থীনা তৌবসে। করম থোক্লগদগে হায়না লাইয়াম সভানা খন্নখি।।

২২, ২৩, ২৪, ২৫, ২৬, ২৭॥

কাব্যগী মওংদা অমুক ইজরি।

বিধিনা তম্লম্বা কনানা কক্কনি,
কুইনা লৈয়ু তমদে, প্রকৃতি সতীদো।
মপুরোইবা শিব নিংবা মাগী লমচৎ,
ফীদম্লফমনি দেবী লৈমা খুদিংমক্লা।
(নুমিৎ থানা লৈরিমখে লৈহৌগনি )

দক্ষনা - মমোম সতীবু কৌরমদবা,
মপুরোইবা শিববু থীনা চৈরম্বা,
উৎতৈবা লীল খাওনবা হায়না ঙাংলম্বা,
শাওখরে সতী প্রান থাগে নিংখরে।

যোগাসন্দা ফমথরে মিৎ উইশিনখরে,
যোগ ধারনা তৌবা হৌখরে সতীনা।
প্রান, ব্যান, অপান সমান উদান,
পঞ্চপ্রান মঙা পুখৎলে খৌরিরোমদা।

শিগনি কিদ্রবা সতীনা কৌজখি
লাইবক থীবী সতী ঐদি চৎলগেকো।
ইবুংঙো নংগী সেবা মতোন লোমলমদে,
হয়েংমুক মপোক্তা সেবা ফংহনবিয়ুকো।

অসি হায়রম্লগা সতীগী পঞ্চপ্রান
মপান থোকখরে দেহেদি তাহৌরে।
মপুরোইবগীদমক, থৱাই থাবা ঙম্বা

জগত্তা' তাঙ্‌বনি সতীগুম্বা লৈরোই।।
সতীগী হকচাং অদু মৈ হৌনা চাকখ্রে।।

## শ্রীমদ্ভাগবতম্
## চতুর্থ স্কন্ধে পঞ্চোঽধ্যায়
## শ্রী মৈত্রেয় উবাচ।।

ভবো ভবান্যা নিধনং প্রজাপতেরসৎকৃতায় অবসম্য নারদাৎ।
সপার্ষদসৈন্যঞ্চ তদধবরর্ভু ভির্বিদ্রাবিতং ক্রোধমপাবমাদধে। ১
ক্রূদ্ধ : সুদষ্টৌষ্ঠ পূট : স ধুর্জটির্জটাং তড়িদ্বহ্নিসটোগ্ররোচিষং।
উৎকৃত্য রুদ্র: সহসোত্থিতো হসন্ গম্ভীরনাদো বিসসর্জ তাংভুবি। ২

শ্রী মৈত্রেয়না হায়খি - প্রজাপতি দক্ষনা ইকাইবা পীবদগী সতীনা শাওদুনা শিব অমসুং মহাদেবগী মনাই পার্ষদশিংবু তেঙ্গোলগা লোইননা পুথোক্লবসু - ভু কৌবা দেবগন্না যজ্ঞদগী থোক্তুনা তাল্লকপা পুম্নমকসি তারদুনা শিবনা ঙমখৈ লৈতনা শাওখরে।১।

মহাদেবনা অশাওবমক্তনা এংবদা অকিবগী মশক ওইবা রূদ্রমুর্ত্তি ওইখরে। খংহৌদনা ফুক হৌগত্তুনা খাচিক্তুনা নোক্তুনা কল্লবা খোল্লাও লাওখি, নোংথাংগুম্ মৈগুম্ চাক্লবা জটাবু ফুক্তত্তুনা লৈবাক্তা হুন্দোকখি।।২।।

মহাদেবগী লৈবাক্তা হুন্দোরকপা জটাদগী বীর ভদ্র কৌবা চাওরবা রূদ্র অমা থোকখি। মশানা অতিয়া পক্লা ৱাংই। মপাম্বোম লিশিং অমা পাল্লি মচুনা নোংগুম্না মুই, নুমিৎকুম্না লংলবা মিৎ অহুম পাল্লি, চাওরবা শাংলবা ময়া অমসুং মৈগুম্না চাকপা মশম পাল্লি মী মকোক্কী পরেং সি, খুৎলাই মখল মখা অয়াম্বা পায় ।। ৩।।

জটাদগী থোরকপা বীরভদ্রনা মখুৎ লোন্নদুনা য়াথং ঙাইজৈ মহাদেবদগী। শিবনা হায় নং ঐগী অংশানি অমসুং নংনা ঐগী লানমী পুম্নমক লুচিংদুনা চত্তুনা দক্ষবু হাৎলু ।। ৪ ।।

মহাদেবনা শাওদুনা অসুম্না য়াথং পীরবদা বীরভদ্রনা মহাহেববু য়েৎ ওইননা কোইরদুনা খুরম্লগা খল্লি, ঐ অসে পাঙ্গল চপ চানা লৈরে ভগবান মহাদেবনা হাপ্লিদুনা। মরম অদুনা শিবগী য়াথং ঙাকপা ঙম্লগনি ।। ৫ ।।

বীরভদ্র অমসুং মনাই পার্ষদশিংনা অকিবগী মশক ওইবা খোঞ্জেন্না লাওখি তা অমা পায়দুনা চেনবদা লম্বী উফুল হৌখি, মদুদা প্রসুতিনচিংবী নুপীশিংনা ঙাংনখি মরাল লৈজদ্রবী সতীনা শিখিবদুদা প্রলয় ঙম্বা মহাদেবনা লোইরগে মতাগুম য়া কাথোকপদা স্বর্গ য়োৎকদবগুম ব্রহ্মা ফাওবা কিরবনি। অসুম্বা উপদ্রব উৎপাত ময়ামসি য়েংনা য়েংনা থুংলরে বীরভদ্র-রূদ্রনা মাগী তেঙ্গোলগা লোয়ননা কোয়শিনখরে যজ্ঞ শালা অদুগা থুদেক্কুনা মাঙহনখরে পত্নী শালা, মাণ্ডব, আগ্নিধ্র শালা পুম্নমক থুদেকখি। অসিদা নত্তনা মরু ওইবা যজ্ঞী মৈ মুথৎলি, যজ্ঞকুণ্ডদা ঈশিং চৎশিল্লি অমসুং কনানা লাইশিংবু ফাই। বীরভদ্রনা ভৃগুবু,প্রজাপতি দক্ষবু ফাখি। খুদোংথীবা অদু কনবা ঙমলরোই খন্থনা দেবগন অমদি তিল্লিবা মীপুম খুদিংমক শমজি খাইদুনা চেন্নবা হৌরকখি। মকোই উত্তুনা নোকখিবা ভৃগুগী মকোই ফোইদৎখী ভগবান বীরভদ্রগী মনাইশিংনা। দক্ষকী মমিৎ অনিমক কোথোকখি মহাদেববু চৈখিবগীদমক অদুগা পুষাগী ময়া পুম্নমক থুদেকখি ময়া খিগত্তুনা নোকপগীদমক দক্ষনা মহাদেববু চৈ থাংখিব অদুগীদমক দণ্ডি পীখি। বীরভদ্রনা অথৌবা থাংশাংনা দক্ষকী মণক্কু যজ্ঞী হামেং বলি তৌবগুম কত্তুনা মৈনুংদা হুনজিনখি। বীরভদ্রনা দক্ষকী মণক ককপা

য়েংলিবা মনাই ভুথ প্রেৎত - পিশাচশিংনা সাধু সাধু হায়না লাওই অদুগা অমরোমদা ব্রাহ্মণশিংনা মাংলে মাংলে হায়না লাওখি। ভা : চতুর্থ স্কন্ধে ৬, ৭, ৮, ৯, ১০, ১১, ১২, ১৩ দগী ২৫ ফাওবা।।

**শ্রীমদ্ভাগবতম্ (চতুর্থস্কন্ধে ষষ্ঠোঽধ্যায়)**

শ্রী মৈত্রেয়না হাঈ :

অদুগী মতুংদা দক্ষযজ্ঞগী সভাদা য়াওবা দেবগন পুন্নমক পুরোহিত সিংগা লোইননা ঙম্না মহাদেবগী মনাইশিংনা শূল, পটিশ, নিস্ত্রিংশ, গদা, পরিঘ মুদগর খুৎলাইনা থাদুনা শোক্লবা লাই অমসুং ব্রাহ্মণশিং অদুনা ব্রহ্মাদা অমত্তা চিংখদনা ব্রহ্মাগী মফমদা তমজখি।

ব্রহ্মানা হায় দক্ষ প্রজাপতিনা শিববু মশক খঙদদুনা তৌখিবগী মরালগীদমক যজ্ঞদা মাগী শরুক লৈবা মহাদেবগী শরুকপু ককথৎপগী পাপ লৈরে। অদুবু মহাদেবদি থৌজালগী মশকনি। মাগী মখোং থম্বালবু পায়দুনা থৌজালহল্লু। ১।২।৩।৪।৫।

তাকপিখি বিধি ব্রহ্মানা দেবগন্দা  
দক্ষনা শিববু চৈখিবগী পাপ লৈরে।  
সতী কায়নবগী কল্লবা মৈচাক্লা  
থম্মোই চাক্তুনা লৈবা মহাদেবনি।

যজ্ঞবু অমুক হন্না হৌগত্তুনা  
মহাদেবদা হোম চারু কচ্চৌনে।  
মাবু পেন্নবা লৈশি লৈথোঙ্গৌ নখোই  
থম্মোই পেৎপা থৌজাল হৈব ভগবান্নি।

মানা শাওরবদি তাইবংপান পুম্নমক
মাইকৈ ঙাকপা লাইনচিংবা মাঙখিগনি।
শিবগী তত্ত্ববু ব্রহ্মা ঐনা ফাও খঙদে,
তপস্যা তৌজবা মুনিনফাও ফংঙমদে।

বিধি ব্রহ্মানা তাকপিবা মতুং ইন্না লাইয়াম পুম্নমক কৈলাস ভবন দা চৎখরে। ফজবা কয়া প্রকুতিগী নিংথিবা পুক্নিং হুরবা দৃশ্য কয়া উরে পুম্নমক্না। অসিগী মতুংদা মনি মন্দিরদা ঙাল্লিবা ভগবান শিববু উবা ফংজরে। মাগী মঙালতনা মাইকৈ পুম্বা শিন-থুংখি।

## শিবনা যোগাশন্দা ফম্বা

য়েৎ থংবা ফৈদা ওইথংবা মখোং থম্বাল,
হাপ্তুনা ওইথংবা পাম্বোম ওইথংবা,
খুকউদা থম্বা বীরাসন্দা ফম্লগা,
খুৎ য়েৎথংবগী খুজেংদা চুগ্রীক মালানা,
খুজিগুম্ শিদুনা খুদোনবী অনিগী
মতোন্না চগো সনা নপ্পরগা,
খুৎয়াই, খুৎনিংথৌ অমসুং খুৎনাওবী
অহুম্বু তিংথোক্লুনা র্তকমুদ্রা
শাদুনা ফম্বা মহাদেববু উরে।।

ব্রহ্ম তেজনা পুমঙান ঙানবা ভগবান্না
বীরাসনদা ফম্বদা মথক্তা লৈরবা,
ওইথংবা খুকউবু চেৎনবা নঙ্গনগা,
পাননা ফীনা পুন্দুনা ফম্লগা,
ব্রহ্মানন্দদা সমাধি ওইদুনা
লুপ্তুনা, লৈরম্বা দিকপালশিং লোইননা

হরিনাম শোন্দুনা লৈরম্বদো উখি।
মুনিশিংনা মবুংঙোবু উরদুনা
খুৎ লোন্ননা খুরমজখি খু-লৈতানা।। ৩৭ ।৩৮ ।।

শ্রীমহাদেবনা খঙজরে উজরে ব্রহ্মা লাকপদো, ব্রহ্মাবু মাগী মপাগী মতৌ ওইবনা হৌগত্তুনা খুরমজরে, বামোন দেবনা মপা কনশ্যপবু খুরম্বগুম্ ব্রহ্মাবু শিবনা খুরমজৈ। মহাদেবগী মনাক্তা লৈরম্বা ভক্তশিংনসু ব্রহ্মাবু খুরমজৈ।

ব্রহ্মানা তাকপিখি:

যজ্ঞবু অমুক হন্না হৌগত্তুনা মহাদেবগী ফংফম্ থোকপা হোম কচ্চৌ। মাবু পেন্নবা লৈশি-লৈথোঞ্জৌ নখোই! থম্মোই পেৎপা থৌজাল হৈব ভগবান্নি। ঙাকপিবনা মাগী সত্যরূপনি। শ্রীকৃষ্ণবু তপ তৌজদুনা নিংজদুনা মানা যজ্ঞথুগাইহনখিব অদুগী নুংঙাইতদুনা যজ্ঞী মপুবু পাইচিৎ তৌজখি।

ব্রহ্মানা হায় :

হে মহাদেব নংদি প্রকৃতি পুরূষনি,
হায়বসে ঐ, খঙই নংতনা ওইবনি।
ধর্ম্মবু থোকহনবসু নংনি হে শিব,
অদুগা দক্ষনা ধর্ম্মবু খঙদবনি।

হে সদাশিব নংদি ব্রহ্ম অথোইবনি,
মঙ্গোলগী মশকনি পূণ্যসু পীনবনি।
পাপকী থবকপু নরক্তা ৱায়েহল্লি,
পূণ্য তৌবনা স্বর্গবু ফংহল্লি।

কনাগুম্বা অমনা অমবু থীনা চৈব,

অদুগুম্বা মীনা লাল্লে হায়না চংজরবা,
হেক্তা থৌজালবনি, চানবিবনি নংনা,
লালখিবা পুম্বা ঙাকপিয়ু হায়জরি।

পুজা কচ্চবদা পেন্দুনা শিবনা
হিংগৎহল্লে দক্ষ হামেং মকোক পাল্লে।
যজ্ঞী হোম কৎলে ভগবান শিবদা
ইবুংঙো মাগী মগুন খঙ্লদুনা দক্ষনা।

শিবদা কচ্চবা প্রার্থনা

জয় জয় পশুপতি মহাদেব
অচান মিরাই নাইদ নংবু খুরমজে।
হায়জবদা হেক্তা য়াবিবা প্রভূ,
থম্মোই পেৎপা থৌজাল হৈব ভগবান।

নংতনা ঙাকপিদো জগৎ মালেম্বু,
জীবগী য়াইফ মঙ্গল পীনদুনা।
থম্মোইদা লৈদুনা পরমাত্মা নাক্তা
জীবগী পাঙ্গল শক্তি, জ্ঞান পীনরি।

কচ্চরি লৈজবা ঙমজবা খরদং
ভক্তিগী লৈরাংনি পেনবিয়ু অসিতা।
থৌজাল হৈব নংগী নাম শোঞ্জরি
ওঁ নমো শিবায়, ওঁ নমো শিবায়:

ব্যাখা : নিংঙমদেদা দক্ষঐনা নুংশিরবা ইচা নুপীবু থৌওইখিদবা, ভগবান শিববুসু মশক খঙখিদবা, ব্রহ্মাগী মচা প্রজাপতিনি খন্দুনা নাপল তৌরুবা। থব্রাইবু পীনবা ঙম্বা জীববু শেম্বীবা ঙম্বা ভগবান শিবনি হায়বা দক্ষ ঐনা খঙউদরে। থৌজালগী শক্তমনি হায়বসু খঙউদরে।

যজ্ঞগী সভাদা শ্রীহরিনা খুৎ নিপাল পান্দুনা মোমোন মোমোন নোক্কুনা লেংশিনবিরি অদুগা তাকপিরকই হে দক্ষ নংনা যজ্ঞ কৎপদা হরি ঐ পেল্লে। নংগী নমোম সতী অদু কল্প খরা লৈরগা চীং নিংথৌ মেনকাগী গর্ভদা দুর্গা-পার্ব্বতী হায়না মিঙ্গৌদুনা পোক্কনি মদুদা নংনা পেনবা ওইজৌ। বিধাতানা তম্বনা নচা ওইনা শাংনা উবা ফংদবনি। মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী চতুর্থস্কন্ধে দ্বিতীয়োঽধ্যায়দগী সপ্তমোঽধ্যায় ফাওবা শম্‌লপনা মহাদেবগী থৌগঞ্জদুনা ইজবনি। লানখিবা য়াওরবসু ভগবান শিবনা ঙাকপিগনি খণ্ডজদবনি খনবিদুনা।

## শ্রীশ্রী ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরা নম্

## প্রকৃতি খণ্ড প্রথমোঽধ্যায়।

ওঁ ণারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্।

দেবীং সরস্বতী ঞ্চৈব ততো জয়মুদীরয়েৎ।।

### নারদ উবাচ

ওঁ হায়ব সব্দগী অর্থদি (মঙ্গল পীবা হায়বনি) নারয়নবু অমসুং মী অথোইবা নরবুসু খুরমজে। দেবীবু সরস্বতীবু লেপ্পমক মতুংদা মঙ্গল পীনবা প্রকৃতি খণ্ডবু ইজরক্কে।

নারদনা হায়খি :

সংসার শেম্নবগী থবক্তা গনেশবু পোকপী দুর্গা, রাধা লক্ষ্মী, সরস্বতী অমসুং সাবিত্রী মঙাসিবু প্রকৃতি কৌই। মথক্তা অইবা ঐনা মহাদেববু শ্রীকৃষ্ণনা পুথোকখিবগী মতাংদা ইজখরে ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরানগী ব্রহ্ম খণ্ডদা । সতীনা ব্রহ্ম যোগনা থব্রাই থাখ্রবা তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি হে শঙ্কর নং দুর্গাবু নংগী তালোই ওইনা লৌজৌ হায়বদা মহাদেবনা খুৎ লোন্ননা খুমজখি। হে কৃষ্ণ ঐবু শেম্বীবা হৌজিক ঐ নুপী থিখিরোই

মরমদি যুম পাল্লবদি পরিবারগী বন্ধন্না ঐবু পুনখিদুনা ঐনা ঐগী ইপা ইমাবু ওইবা কৃষ্ণ গোবিন্দ নংগী মহা অমৃত নাম্বু শোঞ্জবদা অপনবা ওইগনি। মরম অসিনা নচানা কল্প কয়া কয়া হে ইবুংঙো নংগী তত্ত্ব মহিমা গুণ জগৎনা খঙঙদ্রবা নংগী মহিমা ঐশ্বর্য্য শক্তিগী মরিক খরদং খঙ্নবা হোৎনজগে! শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লদুনা তাকপিখি হে শঙ্কর! হে শিব! হে মহেশ্বর! নংনা হয়েং কৃষ্ণ ঐবু মশক খঙ্লবা মতমদা দুর্গা অসি নংগী তৎন-থানবা লৈত্রবা তালোই ওইজৌ হায়না তাকপিবা মতুং ইন্না শিবনা তপ ধ্যান্দা পুক্লিং লুপ্তুনা হরি নাম জপ তৌদুনা মাগী পুন্সি অদু নুংঙাইনা নাম শোন্দুনা চীংনুং মনূংদা মোফমদা, ঊৎ তৈদুনা কৃষ্ণবু ফংনবা তপ তৌদুনা চাদ-থক্তনা লেঞ্জখি।

## দুর্গা দেবী

অসিগুম্বা ব্রহ্ম বৈবত্ত পুরানগী প্রকৃতি খণ্ডদা অসুম্না ইরি মদুদি শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদগী বিষ্ণুগী মায়া ওইবী স্নাতনী ওইবী অদুগুম্বী দুর্গানা চোংথোকখি। অদুগুম্বী দেবীদো নারায়নী ঈশানী অমসুং শক্তি পুম্বগী মশক ওইবীনি, পরমাত্মা কৃষ্ণগী বুদ্ধিগী অধিষ্টানী দেবীনি। মপুং ফারবা মঙালগী মশক ওইবী অমসুং গুণ অহুমগী মশক ওইবীনি। কুচুদি মৈনুংদা মহি চেল্লবা স্নাগী মচু মানবী মঙাল ওইবী নুমিৎ কোটি অমগী মঙাল ওইবীনি। নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবী মাইথোং মকা ফনবী পাম্বোম অনি অমসুং তরাদগী লিশিং অমা ফাওবা পানবী দেবীনি। শাস্ত্র ময়াম লোইনা খঙবীনি, মিৎস্না থম্বাল অহুম্না লৈতেংবীনি মৈনা তকথোক্লবা অথোইবা ফিগে থোনবীনি, মণি রত্নগী ভূষন্না লৈতেংবীনি। মহাদেবগীদমক কৃষ্ণনা শেম্বনি। অদুবু শিবনা যুম পাল্লু য়াদবদগী কল্প কোটি ১০০ লাইনিংলবগী মতুংদা অহানবা লাংওণ ওইবী দক্ষ

প্রজাপতিগী মমোম সতী দেবীবু লোইনবী ওইখিবদুনি। অদুগুম্বী সতী দেবী অদু দক্ষ প্রজাপতি মপাবুংগী যজ্ঞদা যোগ ধারনা তৌদুনা মথন্নাই থাখি।

মতুংদা কল্প কয়া হৌখ্রবদা চীং নিংথৌগী মচানুপী মেনকাগী মমোম ওইনা দুর্গা দেবী (পার্ব্বতী)না লাংওনবিখি। ৬৬।৬৭।৬৮।৬৯।৭৬ ফাওবা

## দুর্গা দেবী

মহামায়া ইমা দুর্গানা লাংওনখি,
চীং নিংথৌগী মমোম পার্ব্বতী কৌদুনা।
পাঙ্গলদা শক্তিদা অথোইবী ইমানি,
নারায়নগী লীলা খুদিংদা য়াওজবী।

নুমিৎ কোটি অমা ঙমজনা ঙানবীনি,
অঙাংবা ফীজোন্না লেমজনা পকচবী।
মোমোন মাইথোংনা থা ঙমজনা ইংজবী
কাম কোটি ঙমজবী শিবগী লোইনবিনি।

গুণ অহুম চেল্লিবী শাস্ত্র পুম্বা খঙবী
হে ইমা বৈষ্ণবী লাইনিং পরৈ চেৎপী।
ব্রহ্মা বিষ্ণু শিব লাইয়ামগী শক্তি ওইবী,
খুৎলাই লিশিং থোনবী ত্রিশুল পায়বী চণ্ডি।

লক্ষ্মীনি নংদি সরস্তীনি হে ইমা,
প্রকৃতি শকলোন নিংথিবী শুমহৎপী।
লৈবাক লৈমগী শক্তম্ লৌদুনা নংনা,
য়োকপিরি জীবশিং পিথকলি অমৃত।।

## দুর্গাগী প্রার্থনা

খুরমজরি হে ইমা পার্ববতী
শক্তি লৈবী শকহেনবী ফজবী।
পীনৌনে মঙ্গোল হীরম খুদিংদা
নিংজবা নংবু হেক্তা চানবীবনি।

নোংশা শাদোংবী লানগী মবেম্মনি,
পাম্বোম তরানা লৈতেংবী ইমা।
লাইয়াম পুম্বগী অকিংবা মাঙ্হনবী,
মহিসাশুর হিংচাবা হাৎঙম্বী।

শুম্ভ নিশুম্ভ দৈত্য রক্তবীজ
মাঙ্হনবী হে ইমা ভদ্রকালি।
পুরক্লি শান্তি ইংহল্লি মালেম্বু,
জীববু য়োকপিবা হে জগৎ মাতা ।। ০ ।।

## গঙ্গা মাতা

ব্যাখা : শ্রী বিষ্ণুগী চরন থম্বালদগী পোকখিবী নারায়নী হে গঙ্গেমা নংদি সুর্য্য বংশগী নিংথৌ সগরগী শুথাং ভগীরথনা মপা মপু শিখিবশিং অদুগী মথক্তা গঙ্গানা চেন্দুনা শেংদোকপিরবদি পাপ পুম্নমক কোক্কনি হায়দুনা গোলোকনাথ শ্রীকৃষ্ণবু নিংজখি ভগীরথনা । শ্রীহরিনা মনাইগী মাংদা ফাওবিবদুনা অসুম্না তাকপিখি। হে ভগীরথ নংনা নিংজবা অদু থুংজরো ! "তথাস্তু"।

## গঙ্গা মাতা

গঙ্গা মাতা সুরেশ্বরীবু স্তুতি তৌদুনা নমা মাতা গঙ্গা পুথনবা হোৎনজরো। মতৌ অসুম তৌনা মৈ ওইনা তুমখ্রবা সগরগী মচাশিংবু

লানবিনবা ইমাবু স্তুতি তৌজদুনা (কপিল মুনিগী শাপ্না মৈ ওইদুনা তুমখ্রবা সগরগী মচাশিংনা লৈবা মফমদা) গঙ্গাবু পুরদুনা লাকপা লম্বীদা অৱাবা কয়া মায়োক্লখি স্বর্গদগী গঙ্গাগী ঈশিংনা হেক তাবদা লৈনুংদা ঈশিং চংখিদুনা ভগীরথনা অৱাবা খাঙবা ঙমদ্রদুনা হিক্লা হিক্লা কপচদুনা শিববু নিংজখি।

হিক্লা কপলে ভগীরথ নিংথৌনা
অৱাবা ঈপাক্তা তারদুনা।
হা কৃষ্ণ গোলোকনাথ ইবুংঙো,
ননাইগী অৱাবাসে কোকপীরো ।

থম্মোইদা লাৎচবা ইমা গঙ্গা
উনা উনা মাঙ্খরে উখিদরে।
তাকপিরে শ্রীবিষ্ণুনা লাওরকই,
চংজরো শিবগী শ্রীচরন্দা।

কচ্চরে পুজা ভগীরথনা
ওঁ নমো শিবায় নমো শিবায় :
মহাদেবং মহাজ্ঞনং মহাযোগী মহেশ্বরং,
মহাপাপ হরং দেবং মকরায় নম: ।।

লেংবিরকলে সম্ভু মনাই’ মাংদা,
লেপ্লরে মোমোন মোমোন নোক্তুনা।
অন্তর্য্যামি ভগবান শিবনা,
মনাইগী অৱাবা কোকপিগে খল্লে।

(ব্র: বৈ: পুরান প্রকৃতি খণ্ড)

ব্যাখা : লেপ্লে শিব হিমালয়দা থোংখোং শানা চেৎলবা ফিভমদা। ফজৈদা নিংথিজে শিবগী শকফম কাম কোটিবু ঙমজবা মাইথোং।

পকচৈদা খ্বাংদা কৈউল থোনবা, লীলনা খাওনবা লীক্লাংগুম্ লৈতেংবা, জটাগী শম্বুল থাচেৎনা ফাজিনবা। মনাইগী প্রার্থনাদা পেল্লদুনা গঙ্গাবু যটাদা ওক্কে খনখরে।

হীমালয়দা লেপ্তুনা ভগবান্না,
মিৎয়েং তাবিখি কল্লবা ঈচেল,
গঙ্গাবু ওকখি শিবগী জটানা।
হরাওজৈ গঙ্গা জটানুংদা লোৎখি।।

খুরমজৈ ভগীরথ নিংথৌনা,
হে ইমা নচাবু চানবিয়ু।
অৱাবসে কোকহনবিয়ুনে ইমা,
লেঙ্ঙসি নচাগা লোইনদুনা।

তাকপিরে শিবনা হে গঙ্গে,
চৎলোনে নংগী অংশ অমনা।
নচাগী অৱাবসে কোকপিরো,
অদুগা নংদি ঐগী লৈতেং ওইরো।

মনাইগী নিংবা থুংহনবিগে হায়না
চেন্থখি গঙ্গা ঈচেল অমনা
চেন্থরকলে ভাগীরথী ইংনা তপ্পা,
জহ্নবী গঙ্গা কৌদুনা থেক্লা খোইনা।

লানঙমদনা কোইপাই পাইদুনা লৈরম্বা,
আত্মাশিংনি, সগরগী মচা মশুশিংগী।
কোকখরে পাপ পুম্বা কাপীল মুনিগী শাপ্
গঙ্গাগী অমৃত জলনা হেক শোকপদা।।

## শিব-পার্ববতী লুহোংবা

ফজবদা মপা লৈত্রবী চাংদম্নবা খুদিংনা ৱাৎলবী ইমা দুর্গা পার্ববতীগা ভগবান শিবগা লুহোংখি। রম্ভা মেনকানচিংবা স্বর্গগী জগোই শাবীশিংনা ঈশৈ শকখি, জগোই শাখি শ্রীহরি চিত্ররথ গর্ন্ধবনা পুং য়ৈদুনা, ব্রহ্মা লাইয়াম পুম্নমক দৈত্য অমদি মুনি ঋষিশিং পুম্নমক তিং দুনা শিব-পার্ববতীগী মঙ্গল আশীর্বাদ পীজখি। ভগবান শিব অমদি পার্ববতী অনিগী মগুন্দি থাবদা লোইবা নত্তে, ব্রহ্ম প্রকৃতি অনিনা পূনবনি, জগৎ সৃষ্টি স্থিতি প্রলয় য়াওরিবনি। অনিগী থৌজালতনা জীবনা হিংজবা ঙমলিবনি। জীববু শেম্বীবা য়োকপিবা মাঙহনবগী থৌদাং লৌরিবনি। সত্ব রজ অমসুং তম গুন অহুম চেনবনি। তৌইগুমসুং শ্রীহরিদি গুন অহুম অসিগী ৱাংমদা লৈবনি। শিবদি - ব্রহ্মানি, বিষ্ণুনি অমসুং মহেশ্বরনি। ইবুংঙো মহাক্তি জীববু মান্নবা মিৎয়েংনা অচান মিরাই নাইদবা মিৎয়েংনা থৌজানবিবনি অচৌ অপিশক জাৎ খায়দনা। ঙাম্থোইরি কৈলাশ ভবন্দা শিব পার্ববতীগী মচা গনেশ - কার্ত্তিক অমসুং মনাই অনি নন্দী ভৃঙ্গি অমসুং শন্দম্ব শাদোং মনাইশিংগা লোইননা থৌগঙ্গে শিব দুর্গা অনিবু।

নিংথিবা কৈলাস চীংগী চীংদোন্দা,
শিব দুর্গানা লেমজনা ঙাম্থোইরি।
সনানা শাবা সিংহাসন মথক্তা,
নুমিৎকুম থাজগুম্ পুমাঙাল ঙাল্লি।

গনেশ কার্ত্তিক্না থৌগঞ্জে নাকয়েৎ
নন্দী ভৃঙ্গিনা সেবা চংজবনি।
লুপাগুম্ ঙৌর শন্দম্বা শাদোং,
কুঞ্জরি মাংদা শ্রীচরন নাক্তা।

**মতিক মঙাল চাওরবা হে মহেশ্বর,**
**মরোল অহুমগী মপু হে বিশ্বনাথ।**
**মান্নবা মিৎয়েং তাবিরি পূন্বা,**
**পীনরি য়াইফ মঙ্গল জগত্তা ।।৩।।**

ব্যাখা : লাই পুম্নমক্কী লুচিংবা হে শঙ্কর নংদি মী লাই হিংচাবা পুম্ন মক মান্ননা য়েংবা থৌজালগী মিৎয়েং, ফজবদা মপা লৈত্রবা, মাইথোং থাজ কোটি ঙমজবা মোমোন নোকপা মাইথোংনা জগৎ শুমহৎলিবা। অসুম্না জগৎনা ঙাংনৈ মদুদি শিব মহাদেবনা শ্রীকৃষ্ণদগী হেন্না ফজৈ। ব্র াফম অসি তারদুনা মহাদেবনা মাগী মশক থীনবগীদমক মোংফমগী উৎ তৈশিল্লি, খ্বাংদা কৈউল থোল্লে, বাসুকী লীন্না ঙক্তা লিকুম্না খাওল্লে। গীবরা হায়ববু থোইনা হেন্নদুম ফজবা হেল্লে। মহাদেবদি সিদ্ধি শক্তি গুন্তনা লৈতেংবনি থাবদা লোইবা নত্তে। নিজবদা হায়জবদা, হেক্তা পেনবিবা, শিবগী মগুন্দি, থৌজালগী ইপাকনি। নিজবদা হায়জবদা, হেক্তা পেনবিবা ইবুংঙো মাগী শিব-সহস্র নাম পুরানদা মাগী মগুনবু বর্নন তৌবদা লোইঙদমবনি।

## শিব রূপ

**ফজৈদকো শিব ভগবান শঙ্কর**
**থা কোটি ঙমজবা ইংলবা মাইথোংনি।**
**মিৎম্না থন্বাল লকা মোমোন নোকপা,**
**লেমজৈদা নিংথিজৈ জগৎপু শুমহৎলি।**

**জটাগী ভারন্দা থাচেৎনা লৈতেংবা,**
**শমজোই শন্নাংতনা ব্রাই ব্রাই তাবা লেংপাক্তা।**
**গঙ্গানা থৌগনবা তাইবং পাপ কোকপিবা**
**বাসুকীগী খাওন লীক্লাংগুম পকচবা।**

খ্বাংদা কৈউল থোনবা যোগী ফিশেৎ মানবা,
অশংবা খ্বাংচেৎনা লেমজনা লাকলিবা ।
ঙৌরুনা শংবান্ন কুচুনা শ্রীঅঙ্গ
বিভূটি তৈবদা ফজবা হেনহনবা।

থম্বৌনা তাংজবা খুবোম খুকউনা,
কল্লবা হকচাংগী অরূম্বা পূরিব
কলা সিদ্ধিতনা শক্তি ওইবা শিব
ফজবা পুম্বুম পাম্বোমদা ত্রিশূল থোল্লিবা।।

ব্যাখা : শিব-দুর্গানা কৈলাস চীংগী চীংদোন্দা জগোই শাবদি রাধা কৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা রাসকী জগোইদা পুক্লিং হুনা জগোই শাবগুম্মী। কয়াদা ফজৈ শিব দুর্গাগী জগোই থাবনা ৱাৎলবনি। নৃতগী তাম্থা তালোই অমত্তা চিংখদে সাম বেদগী মরিক চুম্লবা বেদগী শাথেক, শাবান খুথেক বেদদা ইরিবা অদুগা চপ মান্ননা শাবা ভগবান শিব-পার্ববতীনি। হেন্নদে হেন্নদে শিব দুর্গা অনি অমগা অমগা ফজবা ঙাক্তা ওইবনা, চূং ফিরান চাবা শাবান লেমজবা শক্তম কাম কৌবা লাইনা তুং ইঞ্জরিবা শকলোন ওইবীনি। অনিগী কুম্মৈবু য়েংজরি তলা পামেন ফৈরাদা তোংদুনা কোকিল তেনৱা ৱাহোংনা। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী মিৎয়েং নায়েং কাম দেববু মাইথিবা পীবা ঙম্বা শকফমনি চাংদমনিংঙাই লৈতবনি।

## তাণ্ডব জগোই

তাণ্ডব জগোই শারি শিব পার্ববতীনা
থেক্লা নৌনা লৈনা (লৈনা) কৈলাস চীংদোন্দা।
নন্দীনা পুং য়ৈরি পুংগী পুংলোন খৎনা,

ভৃঙ্গিনা করতাল খিংলি তাম্বা চানা (চানা)।

লৈবা মান্নে চোংবা মান্নে খুৎথেক মান্নে,
অঙকপা ওইরে শিব-দুর্গাগী জগোই।
শুমহৎলে থোইদোক্লা পুক্লিং হুরেনেসে,
নুমিৎ থা অনিনা লৈবাক্তা চৎপগুম্।

থম্বাল লকা ঙমজ ভগবানগী মিৎয়েং,
প্রেমগী মশক ওইবী ইবেম্মগী মিৎন্না।
বাসুকী লিক্লাংগা য়েৎনরে বেনীগা,
মিৎকা মিৎকা চানৈ মোমোন মোমোন নোকনৈ।।

ব্যাখা : কোকিলনা খোংলি কুহুঁ কুহুঁ শুরদা
ৱাহোংনসু নোইরি মশা ফন্দোক্তুনা।
উশাথক্তা খোংলি চোঙা তেনৱানা,
শোল্লি শিব দুর্গাগী নাম পূন্না পূন্না।।

চাইথরকলি পারিজাৎ খুজোক খুজোক
শিব-দুর্গাগী শ্রীচরন্দা কোকথক্তা।
থৌগঞ্জে মালংনা লিরি লিরি হুমলি,
পাক্লা শন্না খিকথরে অমৃত ইরিক।।

## শঙ্খচুড়

ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরান প্রকৃতি খণ্ডদা অসুম্না বর্নন তৌবা অদুদগী খর লৌখৎচরগা কাব্যগী মওংদা খরদং শৈরেং ওইনা ইজরি দৈত্য শঙ্খচুড়গী

তৌবা ঙম্বা শক্তি লাই পুম্নমক মাইথিবা পীবা ঙম্বনি। দৈত্য সঙ্খচুড় হায়বসে শ্রীকৃষ্ণগী অংশ কলানা ওইবা মপা লৈতবা কল্লবা নিংথৌ অমনি। ফজৈদা শওং শাদা রাশিং গুনতনা য়োম্লবা মতিক মগুন লৈরবা, য়েংবগী পেনবা নাইদবা দৈত্য নিংথৌনি। চুং ফিরান চারবা মাগী শাবান, লৈচিল পক্ল ব্রাংল া মপাম্বোম্ অমমম্না শামু নাতানগুম্ চাওনা ফজবা য়েংবদসু যম্মক্কা মান্নবা শকফমনি। মহাক অসে বিষ্ণুগা য়েক্লবা ওইরম্মী। মহাক্কা মশক মতৌ ফজরবী তুলসী দেবীগা লুহোংখি। হায়রিবা তুলসী দেবী অসি ধর্ম্ম ধজ্জগী মচা নুপীনি। যজ্ঞগী ফংবীনি লক্ষ্মীনী অংশ অমনা মীগী মপোক্তা পোক্লকপনি। ফজবদা লেমজবদা, অৱাৎপা অমত্তা লৈত্রবী, মপুরোইবা নিংবী পতিব্রতা ওইবী লক্ষ্মীগা মান্নে হায়বদা হাইমনবা থোক্লোই। শ্রী বিষ্ণু নিংই হায়দুনা মপুরোইবা শঙ্খচুড়না য়াম্না থীনা তৌরবসু অশাওবা লৈতনা খাঙজবীনি। সতী সাধবী ওইবী মরম্না মপুরোইবনা লান খুদিংদা মাই পাকপনি। জয় ওইবনি।

ফজৈদা শঙ্খচুড় দৈত্য নিংথৌ
শাওং শাদাদা লৈতে অৱাৎপা।
কল্লবা পাম্বোম লৈচিল পক্ল ব্রাংবা
রাশি গুন্না চংখোল্ল' শক্তমনি।

লুহোংদুনা লৌখি তুলসী দেবীবু
ধর্ম্ম ধজ্জগী মমোম ওইবীনি।
মপুরোইবা নিংজবী ইবেম্মা,
মহারানীনি লক্ষ্মীগী শাইওন্নি।

লমচৎ ফজবী পতি ব্রতা ওইবা
মপুরোইবনা ওৎলসু খাঙজবী।
বিষ্ণুবু থম্মোইদা লাৎচবীনি,

মাগী লেঙদ্রবা ঈশ্বরনি বিষ্ণু।

ব্যাখা : লান্দা হৈ শিংবা, লিরুং তেন্দোং গদা মুশল মুর্গ খুৎলাইশিং নিংথিনা চংখোন্না হৈব শঙ্খচূড় নিংথৌরেন্নি। লান্দসু লান্বা লৈতবা, হিংচাবা অচৌবা তেঙ্গোল, শগোল, শামু তেঙ্গোল মতিক চানা লৈবা লান্মী সেনা মরাং কায়না লৈবা লানমীশিং অদু চীংদুম চীংদুম্মুক চাওবা ঙাক্তনি। পাঙ্গল থৌনাদা অব্রাৎপা অমত্তা লৈতবা শ্রীকৃষ্ণগী অংশানা ওইরকপনি। লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রদেবগা লাল হায়বসে অরাইবা নত্তে। তুলসী মহারানীগী সতীগী মগুনতনা মপুরোইবনা লানফম খুদিংদা জয় তৌবনি। ইন্দ্র দেবগী মাইকৈদা য়াওরিবনি মহাদেব, গনেশ, কার্ত্তিক, দুর্গা, যম, বরুন মৈ ঈশিং নুংশিৎ লাই কোটি কুন্থ্রাহুমদোই।

লাইশিংগী মনুংদা ইন্দ্রদেবদি শ্রীকৃষ্ণগী শক্তমনি। ব্রহ্মা, শিবসু শ্রীবিষ্ণুদগী তোপত্রবনি। মৈ ঈশিং নুংশিৎ অতিয়া গ্রহনচিংবা ইবুংঙো মাগী শক্তমনি জীব য়োক্লবগীদমক। ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর অহুম অসি শেম্বীবা, য়োকপীবা অমসুং মাঙ্হনবগী থৌরাং কারনগী মশক ওইবনি। লাইশিংদি থৌজাল হৈবা, পীনহৈবা, মীনুংশি চাওবা ঙাকপীহৈব অমসুং হায়জবদা হেক্তা পেনবিবনি। জগৎকী কল্যানগীদমক ইবুংঙো মানা শিনবনি। তৌইগুম্বসুং হিংচাবশিংদি লাইগী ওন্নতৈনবদা তৌবনি জগৎ মাঙ্নবা শিনবনি। অদুঙৈ সমুদ্র মন্থন্দা শিবনা কালকুট হুবু থক্তুনা জগৎ জীববু কনবিখি। মীনা হিংচাবনা হেক্তা তৌবা ঙম্বা নত্তে। শ্রীকৃষ্ণ (বিষ্ণু)না তৌরিবা থবক অদু মপানথোংদা ফত্তনা উরবসু মতুংদা জীবগী কল্যানগীদমক ওইবনি। শঙ্খাসুরবু হাৎপা ঙমদবদি মাগী নুপী মহারানীনা শ্রীবিষ্ণুবু নিংখি লানগী মতমদা অদুগীসু মথক্তা মাহাক্তি সতী ধর্ম্ম ঙাকপা প্রতিবর্ত্তা ওইবীনি। মরম অদুনা শ্রী বিষ্ণুনা শঙ্কাচুড়গী মশক লৌরগা দেবী তুলসীবু সতীত্ত্বা মাঙহনখি। মদুতদা শিব-মহাদেবনা

শঙ্খাচূরবু ত্রিশূলনা মঙক কক্তুনা হাৎখি। শ্রীবিষ্ণুগী মীনম্বা অদু উরদুনা তুলসী মহারানীনা শ্রীবিষ্ণুদা নুঙ্ ওল্লো হায়না কপ্না কপ্না শাপ তৌরকখি। লেম্না মাঙবা য়াদ্রবা সতীগী শাপনা শ্রী বিষ্ণু খুদক্তা নুঙ ওক দুনা লেপখরে। পৃথি নিকলে, শঙাইশেন পাইরে সমুদ্র স্বার কারে ঈশিং কংফান্দা লাকলে। ব্রহ্মানা, শিবনা, হায়জরে হে ইবেম্মা নং ঙাকপিয়ু - ঙাকপিবা হায়বসে সত্যনি, বেদনি, থৌজান্নি মরম অদুনা পৃথি প্রলয় তৌবা তারে মতম চাদনা। ইবেম্মনা প্রান ব্যান অপান, সমান উদান পঞ্চপান থৌরীদা পুখত্তুনা মশাদু মৈনা চাকখরে। মফমদুদা তুলসী পাম্বী অমা হৌগৎলকলে। শ্রী বিষ্ণুসু হান্নগী নুংশিবা রূপ অদু লৌদুনা লেংখৎলকলে।

শ্রীবিষ্ণুনা তাকপীখি হে তুলসী দেবী নংগী ননাক্তা ঐ লেঙদনা লৈগনি। নহাক্তি লক্ষ্মীগী শক্তি ওইবনা বিষ্ণু ঐগী তালোইদা চল্লো লক্ষ্মী, সরস্বতী, গঙ্গা অমসুং তুলসী নখোই মরিনা ঐগী সেবা ফংজৌ। বিষ্ণু ঐনা গন্দকী তুরেলদা শালগ্রাম চক্র ওইনা লৈগে। মদুবু লৌখত্তুনা তুলসী নংগী ননাক্তা লৈগে। নংগী শেংলবা অমকপা লৈত্রবা তুলসী পত্রনা ঐঙোন্দা ভূক কৎপদা য়াওজৌ। পত্র য়াওদ্রবদি ভূক কৎপা অদু ঐনা লৌরোই। অমসুং খংউ লাইয়াম নখোই শুদিং মদুদি লাইগী মুর্ত্তি অমা ইরাৎপদা শালগ্রাম চক্র য়াওগদবনি মরমদি দারু ব্রহ্মাদি মগুন খরা ব্বাৎপা মরম্ননি। হৌজিক শঙ্খচূড়বু হাৎপগী মরমদা কাব্যগী মওংদা ইজগে ঈশৈ পানবদা খুদোং চানবা।

## শঙ্খচূড় বধ

তুলসীগী সতীত্ব মাঙশ্রবগী তুংদা
খণ্ডহৌদ মাঙখরে শক্তি পুম্বা শঙ্খচূড়।

শিবগী ত্রিশূলনা দৈত্য মণ্ডক ককলে,
লোংনা তারে দৈত্য অরোই য়াহিপখরে।

মীনম্বা বিষ্ণুবু উবদা তুলসীনা,
শাপ কৎলে বিষ্ণুবু নুঙ ওল্লু হায়না।
কল্লবা সতীগী শাপ ফংদুনা হরি
লৈবাক্তা লেপ্লে নুঙগী মুর্ত্তি ওইনা।

লাইয়াম পুন্নমক্লা হায়জবদগী
তুলসীনা কপ্লা কপ্লা শ্রীচরন কোঞ্জে।
হে বিষ্ণু তোল্ল ননাইবু ঙাকপিয়ুকো,
ননাইদি থব্রাই থারগে যোগ সাধন্না।

সতীগী মশাদো তুলসী ওইনা হৌরে।
বিষ্ণুনা তাকপিখি তুলসী নংগী পত্র,
তারবা ভোজন অদু ঐনা লৌগনি।
নং ঐগী নুপী মরিশুবা ওইগনি।

অদুগা বিষ্ণু ঐনা গন্দকী তুরেলদা,
শালগ্রম চক্রা ওইনা তাগনি মহুৎ মহুৎ।
শালগ্রাম চক্রা অদু ননাক্তা লৈগনি,
নংবু ঐনা কৈদৌনুংদা থাদোকলোই।

অসুন্না শঙ্কচুড় বধ লোইরে। কনাগুম্বনা ঈশ্বরগী দারু ব্রহ্ম লেঙবা মতমদা শালগ্রাম চক্র য়াওগনি মদুনা তুলসীগী ব্বারী অসিবু নিংশিংগনি। তুলসীদি লক্ষ্মী শক্তি ওইবনা মপোক অমা, পাম্বী ওইনা হৌরবনা ঐগী মরীশুবা তালোই ওইগনি। হে তুলসী পাম্বী মনম নুংশিবী নংগী মচুম, গঙ্গাজল য়ান্নরবা অদুবু থকচরবা জীবনা মাগী দেহেদা লৈরম্বা পাপ পুন্নমক কোকপা ওইরসনু অদুগা স্নান লোইদুনা কারকপা মতমদা

তুলসী হৌরিবা মফমদগী মৃতিকানা লাইবক্তা নম্বদা মী অদুগী হকচাং অদু শেংবা ওইসনু।।

## শিব-পার্ববতী লেঙ্ঙকপা

ব্যাখা : শিবনা হায় হে পার্ববতী দেবী, মেনেকাগী মমোমলোই চীং নিংথৌগী মচা ইবেম্মা তারো! শিব ঐদি ইনাই ভক্তশিংগী মখা পোনবনি। ইনাইদা থীনা তৌবা ঐঙোন্দা ৱাহনবনি। য়েংউনে নংবো! হে দশভুজে দুর্গে! মর্ত্তলোক্তা ইনাইশিংনা শিব ঐবু পুজা কচ্চরিবসে। শিব শিব নাম মচিন্দা শোল্লি অদুগা অথুম অহাও শন্দেশ হৈ খাগোক্কা লোইননা পুজা কৎলি মপুক শেংনা শিব ঐবু কৌজরি লেঙবিরকলো হায়না। ঐনা চত্রবদি ঐগী শিব নাম্ অসি মাঙখিবা তারে। শোল্লি মখোইনা ঐনা পামজবা নাম ওঁ নমো শিবায়: ওঁ নমো শিবায়:। ওঁ কার শব্দ ওইবা খোঞ্জেল শিব ঐনি। ঐ লৈফম খণ্ডরে হকচাং অসি তু চুংই চৎনিংবনা। চৎলসি প্রিয়ে মর্ত্তলোক্তা পার্ববতী নংগা লোইননা যজ্ঞী হোম চারুসি ইনাইশিংদা নুংঙাই য়াইফবা বর পীরুশি।

লেঙ্ঙবিরকলে হর গৌরিনা
শন্দম্বা খোংনেৎনা থিন্দবমখে।
পুজাগী আশন্দা লেঙ্ঙশিনবিরে,
নুমিৎকুম থাজগুম্ পুমঙান ঙানবিরে।

থাজ কোটি মঙাল ফাওরকলে,
পুমঙাল ঙাল্লকলে পুজাগী মফম।
শান্তিগী নুংশিৎ শিৎলকলে লিরি লিরি,
থম্মোই খুদিং নুংঙাই ঈপাক্তা তাওরে।

খুরমজরে ভক্ত পুম্নমক্না,
শিব দুর্গাগী অয়েকপা মুর্ত্তিদা।

চন্দনগী থৌগনবু চংজরে চরন্দা,
পুক্লিংনা খঞ্জরে লেঙঙকলে হায়না।

ব্যাখা : যজ্ঞী মৈনা চাকলি নিংথিনা শীংগা ঘীগা কচ্চদুনা। বেদ হৈব ব্রাহ্মণশিংনা কচ্চরি পুজাগী পোৎলম তরাতরুক। ঈশৈ শকপা কাংবুনা মখুৎ মখুত্তা যন্ত্র পায়দুনা শিব-পার্ব্বতীগী মগুনবু শৈথা শৈহেক রাগ রাগিনী কায়দনা শকচরি। শিব ভক্ত কয়া কয়ানা অথুম অহাও শনে দশনচিংবা মখল মখল অশেংবা ফী শেত্তুনা ইন্দুনা কচ্চরি শ্রীচরন থম্বালদা পুক্লিং শেংনা নিজরি বর পীনহৈব মহাদেবগী খুয়াখাদা চংজদুনা। ঈশৈ শকপশিংনা পুনরপী রাগ হৌরে থীজরি শ্লোক "মন্ত্রহীনং ক্রীয়াহীনং, ভক্তিহীনং মহাদেবং যদ পুজিতং ময়াদেব পরি পুর্ণং তদস্তমে"। "মন্ত্রসু, শ্লোকসু খঙজদে, ভক্তিসু খঙজদে, হে মহাদেব খরদং কচ্চবা পুজা অসিনা পেনবিয়ু, অরানবা য়াওরবসু ঙাকপিয়ুনে হে ঙাকপিহৈব থৌজালহৈব ঈশ্বর।"

মহাদেবগী ফজবা রূপ অমসুং অশিব যম্‌না চংবা ঙমদবা মহাদেবগী মৃত্যুঞ্জয় মন্ত্র মখাদা ইজরি।

"ওঁ ত্রয়ম্বকং যজামহে সুগন্ধিং পুষ্টি বর্দ্ধনম্।

উর্ববারুকমিব বন্ধনান্মৃ তোর্মুক্ষীয়ামহমৃতাৎ।।"

সব্দার্থ

ত্রয়ম্বকং = ত্রি + অম্বকং = ঈচেল অহুম্না তিনবা

সুগন্ধিং = মনম্ নুংশিবা, পুস্টিবর্দ্ধনম্ = হকচাং ফবা হেনগৎহনবা

উর্ববরুকমিব=উর্ববা= ফজবা, অশেংবা + রুকমিব = লুপা মচুগুম্বা

বন্ধনান্মৃ ত্যোমুক্ষিয় = বন্ধনাম = অফা অপুনবা + মৃত্যো = অশিব

(শিগদবদগী) অদুদগী, মুখিয় = নাম্থোক্লবা, কোক্লবা ওইবা,

মহমৃত্যোৎ = মঅমৃত্যোৎ = অথুম্বা। যজামহে = হে শিব মহাদেব নংবু পুজা তৌজরি।

ব্যাখা : ঈরোং অহুম ঈচেলনা কোক্কী জটাদা লৈতেংবা অঙ্গগন্ধ মনম্ নুংশিবা, হকচাং নোই পেনবা, ফজবা, লুপা মচুগুম্ লুরবা অমকপা লৈত্রবা হকচাং, ৱাঙাং ফজবা খোইথুল্লবা হে শিব-মহাদেব নংবু পুজা তৌজরি। নিজরি অফা অপুন নাম্থোকহনবিয়ু অশিববু জয় তৌবা ঙম্বা নংবু ননাইনা হন্না হন্না খুরমজরি।

জয় শিব হর হর মহাদেব
চানবিয়ু তোল্লববু নুংশিবিয়ু।
ঈচেল অহুম্না তিনবা গঙ্গানা,
থৌগনবা মুর্ত্তি উৎপিরোগবা।

অতিয়া পাতাল নংগী শক্তমনি,
মৈ ঈশিং নুংশিৎ নংগী শক্তিনি।
লিন্না খাওনবা কৈউল থোনবিবা,
থাজনা কোকথক্তা ঙাঞ্জরিবা।

লুপা মচুগুম লুরবা হকচাং,
অঙ্গগন্ধ মনম্না চুরবা।
খোইথুল্ল ৱাঙাং মোমোক্ত নোকপা,
থৌজালগী মিৎয়েংবু তাবিয়ুনে।

মৃত্যুবু জয় তৌবা ত্রিশুল পায়বা,
নংগী মৃত্যুঞ্জয় মন্ত্র শকচরি
ওঁ ত্রয়ম্বকং যজামহে সুগন্ধিং পুষ্টি বর্দ্ধনম্।
উর্ববারুকমিব বন্ধনাম্মুত্যোমুক্ষীয় মাহমৃতাৎ ॥০॥

হে শিব মহাদেব চানবিহৈব মহেশ্বর,
শকচরি নমিৎ লিশিং খরদং তোল্লবনা।
ঙমখৈ লৈত হে শঙ্কর জগৎপু ঙাকপিবা,
জীবশিংবু কনবিবা নংবু পুজা কচ্চরি।

লাই হিংচাশিংনা সমুদ্র নৈবিখিবা,
মন্দরচীং থাদদুনা অনন্তনা থৌরিগুম্।
অঙকপা থৌদোক ওইখি হুতনা চাকখৎলকখি,
খাঙবদা কয়া ৱাখি লাই হিংচাবশিং পুম্বা।

লাইয়ামগী অৱাবাদো কোক্লবা লেংবিরকখি,
হুবু থক্তুনা খনাওদা থমখিবা অঙকপা,
হে সদা শিব নীলকণ্ঠ নংবু খুরমজৈ।
সমুদ্র মন্থন্দা ফংবা চফু থনবা অমৃত,
লক্ষ্মীনা পিথকখি লাইয়াম্না অমর ফংখিবা।
বলিরাজদা পীনখি শগোল উচেচশ্রববু
ইন্দ্রনা ঐরাবত, শিবনা শন্দম্বা লৌখি।

ওঁ নম: শিবায় ওঁ নম: দেব যোগেশ্বরায়:
মহাদেবং মহাজ্ঞনং মহাযোগী মহেশ্বরং
মহাপাপ হরং দেবং মকরায় নম:

হে শিব নংগী মপান, নাইদ্রবা নগুনতবু,
কনানসু খণ্ডঙমদে, করম্না শৈথাগনি।
নুমিৎ মঙালগুম্ লংলবা, থাজগুম ইংলবা,
নংগী থৌজাল থাবলদা, হিংজরি জীবশিংনা।

ধর্ম্ম কর্ম্ম জ্ঞান ভক্তি, লমজিং মৈরা ওইবা,
জগৎকী গুরু নংনি, লাইনিং লাইশোন তাকপিবা।
পোকপা শিব জীবগী, অৱাবা কোকপীবনি,
অশিব জয় তৌবিবা, মৃত্যুঞ্জয় মিংথোন ফংবা।

কৈডুল থোনবা পকচবা, ঊৎ তৈরগা ফজবা,
কোক্তা জটা লেমজবা, বাসুকী লীল খাওনবা।
মহাপাপ মাঙ্হনবা ঙম্বা, মঙ্গলগী মশক ওইবা,
শিব নাম শোঞ্জরি ওঁ নমো শিবায় ।।০।।

ব্যাখা : জীবগী ফনবতা খনবিবা, জ্ঞনগী তুংনফম ওইবা যোগী পুম্নমক্তগী অথোইবা ঈশ্বর ওইবা পাপ পুম্নমক কোকপিবা মাঙহনবা লাইগী লাই ওইবা গঙ্গাগী মবুংঙো খুরমজে নংবু হন্না হন্না। অমৃত ঈচেল ওইবা শিবগী কথামৃত্তনি। তানিংদুনতা লৈবা তারিমখৈ পেন্দবা শিব নাম। হরিগী লীলাগীদমক যুগ যুগ খুদিংদা রুদ্র শক্তি কয়া শেমদুনা শ্রীবিষ্ণুগী অবতারদা মতেং পাংজখি পৃথিবী অরুম্বা কোক্লবা ত্রেতা যুগতা পবন সুত হনুমান (মারুতি)। দ্বাপর যুগতা পবন সুত ভীম সেন। য়াম্না নুংঙাইরবা ৱারী অমা থমজগে মদুদি মমাংঙৈদা সত্য যুগতা হিংচাবা অমনা মহা দেববু হৈ লৈ কত্তুনা শিব নামনা অরাধন তৌজখি। নিদবু নিরবা হেক্তা পেনবিবা মহাদেবনা হিংচাবা অদুনা পাম্বা বর অসুম্না নিখি মদুদি "ঐনা শোকপা জীব মখৈ ঊৎ ওনহনবিয়ু হায়না নিজখি",

মদুদা শিবনা এবং তথাস্ত হায়না বর পীখি।

মমাংঙৈ সত্য যুগতা শিবনা
লোৎখিদো সুরুং অমগী মনুংদা।
ভস্মাসুর কৌবা হিংচাবা অমনা
ঙাইজখি শিববু সুরুং মপান্দা।
(মহাদেববু শোক্কে হায়দুনা)

লেংঙকখি হরিনা মোহিনী রুপ
লৌদুনা শিববু কনবিনবা।
ঙাওরে হিংচাবা মোহিনী উবদা,
জ্ঞান মাঙলে শক্তি পুম্বা কাওখরে।

তাকপিখি মোহিনীনা ভস্মাসুরদা,
হে মহাশয় বরগী লৈ হুকচগে।
নশমদু ফামনখরে নাম্থবিয়ু,
করম হুক্কনি লৈপরেং অসে?

মশম নাম্থজবদা ভস্মাসুর
মতোমতা উপুং ওইনা তাখিদো।
সুরুংদগী থোরকলে শিবদো,
খুরমজে হরিবু মোমোন নোক্লা।

শিব : হঙ্গৎচৈ শ্রীহরিদা মতৌ করম্না হিংচাবা অদু শিখিবনো অমুক্তা তাকপীয়ুনে ননাইদা।

হরি : হে মহাদেব! উৎ তৈবা! অপঙ্বা! বর নিরে হায়দুনবু অফ-ফত্তা খঙদনা চাল্লে হায়দুনা হেক্তা পীগদবা নত্তে, নশা শোক্লবা করিগী বর অদু পীরিবনো ?

হিংচাবগী খুৎনা শোকপমখৈ জীব পুম্নমক তুমলো হায়না নংনা জীববু নুংশিদবনি! নংগী শিব হায়বা নামদো অরেম্বা তারেদো । শিব নংবু জ্বনগী পুক্কৈনি হায়বসিবু করম্না হায়রিবনো ? ভস্মাসুর হিংচাবনা তৌরিবসে অচুম্ননি, পরিক্ষা য়েংবনি। বিষ্ণু ঐনা মোহিনী রূপ লৌরগা হিংচাবদা নশমদু অমুক্তা নাম্থবিয়ু লৈ হুকচগে হায়বদা মতোমতা মশম নাম্থবদা হিংচাবা অদু উৎ ওইখিবনি।

শিব : হে হরি অমুক্তা দর্শন ফংজগে মোহিনী রূপতো ননাই ঐনা।

শ্রীহরি : কাম কোটিবু ঙমজবা জগৎকী ফজব, শুমহৎপা মখৈ পূনশিল্লগা ওইবা মোহিনী রূপ অদু শিবগী মফমদা উৎপিখি। মোমোন নোকপনা থম্মোই হুবনি!

মহাদেব : ঙাওরে মহাদেব, উবদা মোহিনী অমসুং মহাদেবনা মোহিনিবু ফাগদবগী তান্নরে শুমহত্তুনা। মোহিনীবু হেক শোকপা মক্তদা শিবগী বীর্য্য অদু লৈমাইদা তাখি। নুংশিৎ নিংথৌনা বীর্য্যদু চেকশিন্ন থমখি। অসুম্না হায়নৈ মদুদি, বীর্য্য মতেক অমনা অঞ্জনাদা পীবদা হনুমান ওইখি। অদুগা লেমহৌবঃ খরনা কুন্তি দেবীদা নুংশিৎ নিংথৌনা পীবদা ভীমশেন ওইখি। মরম অদুনা রূদ্র শক্তি ওইবা হনুমান্না অসুক কল্লিবা অদুগা রূদ্র শক্তি ওইবা ভীমসেনসু মপাঙ্গল য়াম্না কল্লিবা অদুনি মহাভরাতকী ৱারীদা। ত্রেতাদা রাম ভক্ত হনুমান অদুগা দ্বাপর যুগতা কৃষ্ণ ভক্ত ভীম সেন। রূদ্র শক্তি ঙাক্তনি।

## ত্রিনাথ ঠাকুরগী প্রার্থনা

মখাদা অমুক ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরগী অপুনবা শক্তম ওইবা ত্রিনাথ

ঠাকুরগী মরমদা অমুক ইজরক্কে। নোংমা লাই অহুম অসি মফম অমত্তদা ফমমিন্নখি। মহাদেবনা গঞ্জা থকপা অদু উরগা বিষ্ণু অমসুং ব্রহ্মাসু গঞ্জা মপুং ফানা থকখি মদুদা ব্রহ্মা বিষ্ণুশিব অহুম অসি গঞ্জা ঙাওদুনা পূল্লপ অমত্তা ওইনা তিন্নখি। কোক অহুম পাল্লে, খুৎ তরুক শুখরে। খুত্তা শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম, ত্রিশূল, কমন্দরু শুগ্রিক পরেং মালা পায়রে। লাই অহুমগী মঙালতনা মাইকৈ নিপাল শিন্থুংখি। ফজবদা করিগবু চাংদম্ন গনি। জগৎ সৃষ্টি, স্থিতি প্রলয় অহুমগী মপুনা পূল্লবদা। মখাদা ত্রিনাথ ঠাকুরগী শৈরেং অমা ইজরি।

খুরমজরি হে ত্রিনাথ ঠাকুর<br>
তোল্ল' ননাইনা চরন থম্বালদা।<br>
ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরনা পূনবা,<br>
জগৎকী মপু তাইবং শেম্বীবা।

জটাদা থাজ গঙ্গানা থৌগনবা,<br>
কৈউল থোল্লিবা লীন্না খাওনবা।<br>
ত্রিশূল চক্র কমণ্ডলু পায়বা,<br>
শেম্বীবা য়োকপিবা মাঙহনবা প্রভূ।

নংতনা শেম্বা জীবগী হকচাং<br>
কচ্চরি থব্রাই ঐগীনি খাক্তা<br>
লৌবিয়ু প্রেম্না তক্লবা চন্দন,<br>
চাইজরি লৈরাং খুজোক ২ চরন্দা।।

অকাশ লিঙ্গনি পরমেশ্বরগী ইঙ্গিৎনি, পৃথিবীনা মাগী য়াতাফম্ ফালনি। পৃকৃতিগী ইঙ্গিৎনি। লাইয়াম হিংচাবশিংগী চংজফমনি। ভগবান শিবদি মফম খুদিংদা শিন্থুংনা লৈবনি। অকাশসু নহাক্লি পাতালসু নহাক্লি। নমিং লিশিং ওইবনি, মহাদেব, ভৈরব, শম্ভু নীলকন্ঠ, সদা

শিব, ভূতনাথ কপালী, শঙ্কর, রূদ্র, মহেশ্বর, যোগেশ্বর পার্ব্বতীনাথ, চন্দ্রশেখর, মৃত্যুঞ্জয় অসিনচিংবা নুংশিবা ইবুংঙো নংগী মিংচৎকা লোইনরবা নমিংশিংনি, থাবদা লোইবা নত্তে।

## শিবগী প্রার্থনা

মহাদেব মহেশ্বর ভূতনাথ
পার্ব্বতীগী মবুংঙো খুরমজরি।

জটাদা থাজনা লেমজনা ঙাল্লিবা,
বাসুকী লিন্না লিকলাংগুম খাওল্লিবা।
জৈউল থোন্দুনা হকচাংদা বিভূৎ তৈরিবা,
শন্দম্বা তোংদুনা খুত্তা ত্রিশূল পায়বা
ফজবগী মবুংঙো হে নীলকন্ঠ।

ভাগীরথী গঙ্গানা কোক্কী লৈতেং ওইবা,
নগুম্তবু শোল্লগা পাপ পূম্বা কোকচবা।
নংতবু নিংজবদা মহৈ য়ালহনবা
হরি ভক্ত অথোইবা হে সদা শিব।

সিদ্ধি পূম্বনা লৈতেংবা পুরুষোত্তম,
হায়জবদা হেক্তা পেনবিবা পীনহৈবা।
নংগী শক্তম ঙল্লবা প্রলয় ঙম্বা প্রভু
মিৎ অহুম্না লৈতেংবা কামদেব মাঙহনবা

ব্রহ্মা বিষ্ণুনা খঙ্ঙমদ্রবা শিব-লিঙ্গ
পুজা কচ্চবদা নিংবা থুংজবা।

শঙ্গোম হৈজবদা থোইনা হেন্না পেনবিবা,
পীনৌনে ননাইদা মঙ্গল ওইজবদো।।

## ওঁ নমো শিবায়:

বম বম্ ভোলানাথ মহাদেব,
পার্ব্বতী' মবুংঙো খুরমজরি।
শকচরি নগুণ হে মহেশ্বর,
মরোল অহুমগী মপু বিশ্বনাথ্।

কোক্তা জটা গঙ্গানা থৌগনবা,
বিভুতিনা লৈতেংবা লীন খাওনবা।
কৈমঙুল থোনবা ত্রিশূল পায়রিবা,
ফজবা পুন্না তিল্লিবা শকফমনি।

চিন মঙাদা মিং মঙা লৈতেংবা,
হরি নাম্বু তত্তনা শোল্লিবা।
খুত্তা ডমরু ষন্দম্বা শাদোংবা,
বর পীনহৈবা থৌজালগী মপু।।

## শিব-রাত্রি অহিং

শিব-রাত্রি নুমিত্তা শাদানবা গুরুদ্রুহ কৌবনা কোইনা শাদানবা চংপদা মমখিদুনা উ অমদা কাখত্তুনা অহিং অদু য়াইরেক্লম্মী। উ পাম্বী অদুগী মখোংদা শিব-লিঙ্গ অমা লৈরম্মী । শাদানবা অদুনা ঈশিং পুল অমা উথক্তা পুখংলম্মী। নোংয়াই চবুক য়ৌব: মতমদা শজি অমোম্ অমনা ঈশিং থক্কে হায়দুনা ঈশিং খোং লোক অমদ: কুমথরম্মী। শজিবু

উরদুনা শাদানবা অদুনা তেন শন্ধ্যান তৌদুনা কাপকে তৌবদা পুলদগী ঈশিং খরা হৈ খাগোক মনা অমগা শিব লিঙ্গগী মথক্তা তারম্মী। শজিনা লাওরকখি হে শাদানবা তেন কাপ্পা লেপখো। ঐগী ইপুরোইবদা তাক্লম্লগা অমুক হল্লক্কে। ঐবু থাজদবা তৌগনু মরমদি অচুম্বা লৈবনা জগৎ অসি লেঙ্দনা লৈরিবনি। অসুম্না চৎখিদুনা শজি অমোম্না মপুরোইবা তমলে ব্রা পুম্নমক। শজি অমোম লোন্নবী অদু লাকলে অমুক মফম অদুমক্তদা। শাদানবনা কাপকে তৌবদা লাওরকই হে শাদানবা কাপখিনু নংগী তেন - ঐ মচেনি। অসুম্না শাদানবনা লেংবদা ঈশিং খরগা হৈ খাগোক মনা অমগা ভগবান শিব লিঙ্গদা তারম্মী। শজি অমোম অদু চৎখিদুনা মপুরোইবদা ব্রারম পুম্নমক তমলম্মী। শজি লাবা অদু অরোইবদা লাকলম্মী। মতম অদুদা ভগবান শিবগী কৃপানা শাদানবা অদু পাপ কোকখরে। তেন কাপ্পা তৌদরে, নুংশিবা থৌজাল হৈব লমচৎ অদু ফংজরে শিবগী কৃপানা মরম ওইদুনা। শয়ং ভগবান শিব লেংথোরক্তুনা, অসুম্না তাকপিরম্মী শাদানবা অদুদা :- হে শাদানবা গুরুদ্রুহ নংনা শিব ঐঙোন্দা ঐগী শিব লিঙ্গদা ঈশিংগা য়ান্নরবা হৈ খাগোক মনা শিব ঐঙোন্দা কচ্চবগীদমক ঐ য়াম্না পেল্লে। মরম অদুনা শৃঙ্গবেরদা নিংথৌ ওইদুনা পাঞ্জরুরো হায়না বর পীনবিরে, অদুগা শজি অহুম অদু মী ওনহল্লে। ভগবান শিবগী থৌজান্দি মপান নাইদে অঙকপগী মশকনি জীববু কয়াদা নুংশিবিখ্রবা: জীববু নুংশিবদি মাগী তোপ-তোপ্পা মগুন্নি।

অসুম্না কনাগুম্বা মী অমনা শিব রাত্রি নুমিত্তা চরা হেন্দুনা ফীশেং শেত্তুনা শিব পুজা কচ্চরবদি অপাম্বা বর নিজবদা, পেনবিদুনা নিংবা থুংজৈ।

কচ্চরি পুজা হে শিব শঙ্কর

তোল্ল ননাইনা খুয়া থম্বালদা।
হৈজরি শঙ্গোম্ শিব লিঙ্গদা,
লৌবিয়ু হৈ খাগোক মনা জলগা।

লাই হিংচাবশিংবু কনবিখিবা,
হে নীলকন্ঠ হুবু থক্কুনা।
রাম্না পুজা কচ্চখিবা নংবু
শেতুবন্ধ রামেশ্বর মিংথোনখি।

শিব-রাত্রি অহিং গুরূদ্রুহনা
হৈথবা ঈশিং হৈখাগোক মনা লৌবিখি।
চানবিহৈব পেনবিহৈব নংতনা
শাদানবা মাবু নিংথৌ ওইহনখি।

শজি লাবগা মাগী লোইনবীগা,
মী ওনহনখি থৌজাল হৈব নংনা।
শকচরি মঙ্গলগী মশক শিব নাম্
ওঁ নমো শিবায় ওঁ নমো শিবায়।

মহাদেবগী মহিমা তত্ত্ব গুনবু কনানা শৈথাবা ঙমগদগে। ব্রহ্মা বিষ্ণুমক্লা খঙবদা ব্রারবনি। শিবরাত্রিগী অহিং নুমিত্তা করিসু খঙদনা শিবগী কোক্তা ঈশিং খরগা হৈ খাগোক মনা খরগা খিকথজরুবদগী শাদানবা মনাই গুরুদ্রহগী পাপ পূম্নমক কোক্কুনা শৃঙ্গাবেরগী নিংথৌ ওইহনখি। অদুগা শাগী জাত্তা পোকপা শাদানবগী মচিঞ্জাক ওইরমগদবা শজি লাবা অদুগা মাগী লোইনবী অনি অদু য়াওনা মখোই অহুম্মুনা ফংঙমদ্রবা মীওইবগী মশক ওইহনখি। হে সদা শিব! ভগবান শঙ্কর!

তোল্লবা মীনুংশি য়াওদ্রবা শাদানবনা জীবিকা ওইজবা গুরুদ্রুহনা শ্রীচরন থম্বালদা চংজরি। লৌখৎফম থোক্রুবা পাপনা দেহ পুম্নমক শিল্লবা ননাইগী পাপ পুম্নমক কোকপিরে হে ভগবান নহাক্না মমাংঙৈদা রত্নাকর কৌবা ডাকুদা মহর্ষি নারদনা মাবু বাল্মীকি মুনি ওইহনখিবগুম্। হে মীনুংশি চাওবা অচান মীরাই নাইদবা জাৎ বিজাতি খায়দবা হে শিব সত্ত্ব রজ গুন্না লৈতেংবা নংগী তঙাংবা শ্রীচরন্দা চংজরি চানবিয়ু। নংদি ব্রহ্মানি বিষ্ণুনি মহেশ্বরনি নংতনা ওইবনি জগৎসিদা মাইকৈ ঙাকপা লাইসু নংনি। মপান নাইদ্রবা নংগী শিব লিঙ্গনি অকাশসু নংনি পাতালসু নংনি, নংগী থৌদাদি য়ামখরে জীবগীদমক্তা।

উফুলদা তারবা ননাইবু লৈরাং ওনহনবিদুনা শ্রীচরনগী লৈতেং ওইবিরে। নংগী থৌজাল ঈপাক্তা ইংলবা থাবলদা থরো কৌবী লৈরাংনা শাৎচবগুম্ অইংবা লৈনম নুংশিবা থরোগুম ঐগী ভক্তিগী লৈনম ওইহনবিয়ু অমসুং নংগী মঙ্গলগী মশক ওইরবা শিব নাম "ওঁ নমো শিবায়" হায়বদো মতম চুপ্পা শোঞ্জগে খুয়া খাদা থম্বীয়ু ননাইবু মপোক খুদিং নংগী ননাই ওইজবা পীনবিয়ু হায়না নিজরি ভিক্ষা অসি হাপিয়ু লৎনদবা তৌবিগনু।

"জয় সদা শিব যুগ খুদিংদা লেংদনা লৈবা হে ব্রহ্ম অথোইবা"।

## প্রর্থনা

শিব-শঙ্কর ভোলানাথ, যোগেশ্বর,
খুরমজৈ পাপ চেল্লবা গুরুদ্রুহনা।
ঙমদ-লৈতবা হে মহাদেব,
শকচরি নগুন মপান নাইদ্রবা।

কোকপিরে শাদানবগী পাপ মপৈ,
শিব রাত্রি অহিংগী নুমিত্তা।
জীব হিংশা পূন্বা থাদোক্তুনা,
ফংজরে প্রেম ভক্তি তাঙল লম্বী।

খঙদনা হৈ খাগোক উপাল থক্তা
অহিং য়াইরেকলুই, ঈশিং পুন লোইনা'।
শজিবু হাৎকে থৌরাংজবদা -
হৈথখরে ঈশিং হৈখাগোক মনা
শিব লিঙ্গদা উপাল মখোংদা।

খঙজদবা ননাই শাদানবনা,
হৈথবা ঈশিং হৈখাগোক লৌবিখি।
হে থৌজালগী মবুংঙো ভগবান,
তোল্লববু নিংথৌ হাপ্পিখিবা।।

গুরুদ্রুহগী ৱারী তাজরবা জীবনা ভগবান শিবগী থৌজালবু লেপ্প মক ফংজদুনা মা-মাগী দেহেদা লৈরম্বা পাপ পুম্মমক কোক্তুনা গুরুদ্রুহগুম্ জীববু নুংশিব পোক্তুনা থৌজাল থাবলদা ভক্তিগী লম্বী (মার্গ) উজবা ফংগনি। মরম অসিনা শিব-চতুর্দশী (শিব-রাত্রি) অহিংদা ফীশেং শেত্তুনা বর্ত্ত কত্তুনা ভগবান শিববু পুজা কচ্চরবা, নিয়মগী বৃত্তি কায়দনা তৌজরিবা লাংজরিবা মী অদুগী নিজরিবা বর অদু লেপ্পমক ফংজগনি।

## শিবগী আর্ति

জয় সদা শিব-উমা পতি,
কচ্চরি আরতি ননাইনা (চরন্দা)
নিংথিবা মাইথোং শুমহৎ শক্তম্
পুমঙাল ঙাল্লি থাজ কোটিগুম্
হাইজরি র্কপুর ঘী বর্ত্তিনা,
নুংশিবা মনম ধুপ লোইননা।

নন্দিনা মৃদঙ্গ য়ৈরিবা,
ভৃঙ্গীনা করতাল খিংজরি।
কাংশি ডমরু মখোলতনা
থম্মোই ইথক ইপোম হৌরিবা।

মাইথোং মঙা পঞ্চনাম,
জগৎ ব্রহ্মগুবু উবিবা,
শোঞ্জরি নংগী শিব-নাম,
মঙ্গলগী মশক ওইরম্বা

ওঁ নমো শিবায়: ওঁ নমো শিবায়:

লোইরবা

লেঙ্ঙজবা :- শ্রীহুইদ্রোম ভরত (ভূবন) সিংহ

এ আই আর শৈরেংবা

তাং ৬।১১।২০১১.

## (হাপচিনবা)

## শিব পুজাদা চৎকদবা নিয়ম খরা মখাদা ইজরি।

## (জ্যোতিষকী মরোলনি)

নুমিৎ মমিং নোংমাইজিং য়েংবিনু মহৌশানা চৎনরকপনিনা ওইরল্লগদি নুংঙাইরে।

তিথি হায়বদি নোংমা পানবা ওইরমবসু নিনি পানবা ওইরসু মদুবু অনিরক হন্না তিনশিনগনি। তিনশিল্লিবা অঙ্কদা মশিং ৫ (অঙ্ক) হাপচিনগনি অদুগী অতাবদুদা ৭ না য়েল্লগা অরেম্বা ফল অদুদা পুজা য়াই য়াদে খংনগনি।

<u>খুদম (১) নোংমা পানবা ১ নি</u>

```
    ১
  + ১
  ----
    ২
  ----
    ৫
৭ )   ৭ (১
    ৭
  ----
    ০
```

লেমদরে অদুবু মহাদেবদি মোংফমদা লৈ।

ফলদি অশি অনা ফংই অমাঙ্বা ওই। মরম অদুনা নুমিৎ অসি শিব পুজা য়াদ্রে ফত্রে অসুম্না খঙ্নগনি।

খুদম (২)

মখাগীসিদা অমা অমুক অঙ্ক খোত্তুনা য়েংলি।

নিনি পানবা ২

\+ ২

৪

৫

৭ )৯( ১

৭

২

অনি লেম্বনা দুর্গাগী নাক্তা মহাদেবনা লৈ।

ফলদি - লল থুম্ লৌরি ইংখোল ফংই

খুদম (৩) মখাগী অসি অমুক অঙ্ক খোত্তুনা য়েংশি।

মরিনি পানবা ৪ নি

\+ ৪

৮

৫

৭ ) ১৩ ( ১

৭

৬

তরুক লেম্বনা রসাতলদা শান্নরি অমাঙ্বগী মশক ওই কন্তে।

খুদম (৪)   মখাগীসি অসুক খোত্তুনা য়েংলি

মঙানি পানবা৫

+৫

১০

৫

৭) ১৫ ( ২

১৪

১

অমা লেম্বনা কৈলাসতা লৈ। ফলদি - নুংঙাই য়াইফবা পীরি পুজা য়াই।

খুদম (৫)   মখাগীসি অসুক য়েংশি শিব-রাত্রি ১৪ নি পানবা

১৪

+ ১৪

২৮

৫

৭) ৩৩ (৪

২৮

৫

লেম্বা অসি নুংঙাই নিংবা থুংই।

পুজাগী নুমিৎ য়াবা য়াদবা অদুগী অশন্বা ফল মখাদা ইরি।

অমা (১) লেম্বনা শিব মহাদেব কৈলাসতা লৈ ফলদি নুংঙাই য়াইফবা পী।

অনি (২) লেম্বা শিবসে দুর্গাগী নাক্তা লৈ-লল থুম পীরি ইংখোল ফংই।
অহুম (৩) লেম্বনা বৃষভদা লৈ ফলদি অপাম্বা সিদ্ধি পাংথোকই।
মঙা (৫) লেম্বনা চাবা থকপা তৌরি (শিবনা) নুংঙাই নিংবা থুংই।

## নিংশিংজবা অমা

মথক্তা হায়রিবা জ্যোতিষকী মরম খরা লৈরবসু ভগবান শিবগী নাম "ওঁ নমো: শিবয়" শোঞ্জরবা মী অদুদা ইবুংঙোনা য়াইফ মঙ্গল পীনরি। ইবুংঙো মহাক্তি বর দাতা হায়না জগৎনা খঙ্নরবনি নিদবু নিজরবদি বর হেক্তা পীনবিবনি। থাখাই অমগী পক্ষকী মনুংদা য়াই য়াদে হায়রিবসি পুজা অচৌবা অবাহন তৌবনচিংবগী মরমদনি। মফম মতম লৈতে নাম শোনবদা। জ্ঞন স্বরূপ ওইবা মহেশ্বরবু হরি কৌবা মরম্না হরি সংকীর্ত্তনগী মপু শ্রী গৌরাঙ্গবু অরাহন তৌদুনা হরি সংকীর্ত্তণ নিয়ম কায়দনা তৌগদবনি সংকীর্ত্তনগী মপু শ্রী গৌরাঙ্গবু অরাহন তৌদুনা হরি সংকীর্ত্তন নিয়ম কায়দনা তৌগদবনি সংকীর্ত্তনগী বিচার মতুং ইন্না। মখাদা অমুক ইজরি ভগবান শিবদা কৎপা য়াবা য়াদবা পোৎলমশিং :-

১) আসনং - ফম্নবা আসন কৎপা

২) স্বাগতং - খুৎ লোন্নদুনা নুংঙাইনা লেংশিনবিয়ু হঙ্গৎপা

৩) পাদ্যং - খোং চামথোক্নবা ঈশিং কৎপা

৪) অর্ঘ্যং - শঙ্খদা চেং থোইদিং, লৈ, তিংথৌ যব, কুশ হঙ্গাম মরু হাপ্তুনা কৎপা

৫ ) আচমনীয়কং, আচমন তৌনবা শঙ্খজল কৎপা

৬) মধুপর্কার্পনং : শেঞ্জেংগী পাত্রদা শঙ্গোম্ অফম্বা, ঘী, খোইহী, চিনি নত্রগা সিতামিশ্রি ঈশিংগা য়ান্ননা কৎপা

৭) স্নানং : চেং লৈ, চন্দন হাপ্পা ঈশিংনা চায়থনবা কৎপা
৮) শ্যেন-ইন্নবা ফিরোল কৎপা

**বস্ত্রং**

সুগন্ধ সুমনো : মনম নুংশিবা পোৎলমশিং / পুক্লিং নুংঙাইনবা পোৎলশিং কৎপা
১০) ধুপ কৎপা।
১১) দীপ - থাউমৈ বর্ত্তিনচিংবা কৎপা
১২) নৈবেদ্য : য়াম, শঙ্গোম অনৌবা, ঘীনচিংবা তিনবা নৈবেদ্য (নৈবিৎ) কৎপা
১৩) ফল তাম্বুলং - উহৈ ৱাহৈ পান্ননচিংবা কৎপা
১৪) ভোগার্পনং : চান্ন থক্লবা লুক্লচিংবা কৎপা
১৫) বন্দনং : খুরমজবা
১৬) অরাত্রিকম : আর্ত্তি কৎপা

মথক্তা ইজরিবা ষোড়শোপচার অসিনা পুজা অচৌবদা কৎকদৱনি। তৌইগুম্বসুং পঞ্চেপচার (পোৎলম মঙানা) কৎপসু য়াই। শিব পুজাদদি বিল্বপত্র হায়বদি হৈ খাগোক মনা তিঞ্জং কায়জংদবা কৎপদা ভগবান্না য়াম্না পেল্লি পুজা কৎচরিবা মী অদুনা মমাংগী নুমিত্তগী পুক্লিং শেংনা ব্রহ্মচার্য্য ওইনা লৈগনি। পুজা নুমিত্তা স্নান ক্রীড়ানচিংবা নিংথিজনা তৌদুনা দ্বাদশ তিলক ধারন চন্দন থিনগনি অশেংবা ফী শেৎকনি। অহানবদা পঞ্চদেবতা পুজা কৎকনি। হৈ খাগোক মনা হেকপা : শিব পুজা তৌবা মতমদা চংগদবা হৈ খাগোক মনা য়াম্না মরু ওই। হৈ খাগোক মনাসু তুলসীগুম্না থাশি পুর্ণিমা অমসুং দ্বাদশী নুমিৎশিংদা হেকপা য়াদে। নোংমগী মনুংদা নুমিৎ য়ুংবা মতম, নুমিদাং ৱাই অমদি অহিংগী মতমদা হৈ খাগোক মনা তুলসীগুম্না শিজিন্নবা য়াই। ফুন্দোদি মহাদেব পুজাদা কৎপা তৌহৈদে অদুগা অঙ্গোৎ অমদি পরিজাৎ

লাই নুপীদা কৎপা য়াদে। সুর্য্য পুজাদা ময়াং কবোকলৈ কৎপা য়াদে।

তিংথৌ হেকপা :- পুজা অর্চ্চাদা তিংথৌ য়াম্না শিজিন্নরবা নাপী অমনি। তিংথৌদি অয়ুক্তা হেক্কনি। অশেংবা মফমদা হৌবা তিংথৌদমক হেক্কনি। করিগুম্বা পুজা অদুনা শিব মহাদেবগী ওইরবদি ময়োল লৌথোক্লগা (শাৎলগ) মনা অহুমতমক - পালহনগনি। অদুগা ইপা ইপু - পিতৃকর্ম্মদসু ময়োল - য়াওদবা তিংথৌতমক কৎকনি। অদুগা অতৈ লাইশিংগী নত্রগা অহিংবা মীগী মরীদা তৌবা পুজাদি ময়োল মতোল শৎপা য়াদে, ময়োলগা লোইননা মনা মঙা / মঙা পানবশিং কৎকনি। নোংমাইজিং নুমিত্তা পুজাগীদমক তিংথৌ হেকপা য়াদে। মথক্কী পুজাগী বৃত্তি অসি "অরাংফম হায়বা" লাইশ্রম মনাওসিংহনা ইবা অদুদগী খরা লৌখৎচদুনা ইজবনি।

লোইরবা
শ্রীহুইদ্রোম ভরত (ভূবন) সিংহ
চিংঙামথক নামৈরাকপম লৈকাই।



| | | |
|---|---|---|
| অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিক | ঃ | ১) শ্রীকৃষ্ণ লীলা (২০১০) |
| | | ২) নিত্য লীলা (২০১১) |
| | | ৩) কংস বধ (২০১১) |
| | | ৪) শিবা-রাত্রি (২০১২) |
| ফোঙলগদবা লাইরিক খরা | ঃ | ১) দুর্গা পূজা |
| | | ২) ধ্রুব নারদ প্রহলাদ |